ওঁ

# মপুংগী মতীক ময়ায়

অইবা :

চোংথামচা ভাম্বা ( জয় ); নাগমপাল, ইম্ফাল।

অফোংবা :

থানে ( ধনেশ্বর ) ওইনাম; কোংপাল খাইদেম লৈকাই
কোংপাল, ইম্ফাল।

ফোংদোকচবা :
তাং ২০ | ৫ | ৮৯ ইং
কালেন থানিল, থাংজ।

অহানবা থুংনম : ১৯৮৯

কোপী মশিং : ১,০০০

হক পুন্নক্ক অকোংবম্বীমি অত্তুবু

লাইরিক অসিগী মহুংগী নৈন-কাংলোন খুদিংমক

অইবগী হকতা থমজরে।



ফংফম :

১। অকোংবগী লৈফম,
কোংপাল খাইদেম লৈকাই
কোংপাল, ইম্ফাল।

২। কেমেরা হাউস,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

নম্ফম :

* সন প্রেস *
পাওনা বাজার,ইম্ফাল।

মমল : লুপা ২০/-

## ৱাহৈ খরদং।

কুমজা কয়া তাবুনুংদা লৈরুরবা পুয়া খরদগী লৌখ্ৎলগা "মপুগী মতীক ময়াম্ন" কৌবা লাইরিক অসি খুৎই ওইনা ইদুনা থম্নীরম্না ইয়াম্না, চোংথামচা ঙানবনা ফোংদোকপগী অয়াবা পীবীবগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি। লোইননা লাইরিক অসি নৈনবীবা মীওইশিংনা কাম্নবা ফংবীরবদি লাইরিক অসি ফোংজবগী মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি। লাইরিক অসি ইবীবা ইয়াম্না, চোংথামচা ঙানবা, লাইরিক অসি নম্নবা হোৎনবদা অৱাবা থৎদনা তেংবাংবিবা "সন প্রেস" কী মীপুম খুদিংমক অমদি মালেম অসিদা লৈরিবা মীওইগোক খুদিংমক্কী য়াম্নফনবা তাইবঙপালবা মপু শিদবা শিদবী অমগুং লাই ওইগ্রবা চীংঙু মায়চৌশিংগী ঙাংলৌখাদা হন্না হন্না পুনেমজরি।

তাং ৩০ | ৩ | ৮৯ ইং

অক্নোংবা ঃ
থানে (ধনেশ্বর) ওইনাম
কোংপাল খাইদেম লৈকাই
কোংপাল, ইম্ফাল।

# ফোংবিরিবদা অইবগী পুক্রিং

"মপুগী মতীক ময়ায়" হায়না মিং থোঞ্জবা লাইরিক মচা অসি বাংগ্লা ময়েক্তা নমথোক্লগা ফোংদোকচনিংববু মতম শাংনা পুথোকপা ঙমদত্বনা লৈরিঙৈদা, ইনাৎপু ঙাকপা সেনবগী থৌরম কয়াদগী অচৌবা থৌদাং কয়াবু শরুক য়াবিবদা খ্বায় মীয়ামনগী থোইদোক্লা ইকাই খুম্নরিবা মুংশিজরবা ইনাও ইবুংঙো থানে (ধনেশ্বর) ওইনাম কোংপাল খাইদেম লৈকাইদা লৈবগী মফমদা অইবা ইশানা লাইরিক অসি ফোংনবগী মতাংদা শেল-থুমগী খুদোং চাদবা কয়ামুক লৈবগী মরমদা হোৌদোকচরুববু, ইনাও থানে (ধনেশ্বর) ওইনাম না য়াম্না হরাওনা হায়বিরকখি। লাইরিক অসি ফোংবগীদমক্তা করিমতা বারুরগম্নু, ঐঙোন্দা শিন্নবিরমগো ঐ ফোংজরগে হায়না হায়বিরকখি, ইনাওগী অসিগুম্নবা মমল য়াম্লাবা রাহৈ অসি তাবদা মুমিৎ অদু শস্তোকপা মওংগী মুংঙাইবা অমদি হরাওবগী ইহুল অমা ফাওজখি লোইননা মুংশিজরবা ইনাও ইবুংঙোদা "মপুগী মতীক ময়ায়" হায়না মিংথোঞ্জবা অসি ফোংবিনবা শিন্নজখি।

ইনাওনা পুকচেল চাওনা লাইরিক অসি ফোংবিবগী থৌদাং য়াবিরিবা থৌরম অসিগীদমক্তা শিংবা ঙম্লারোইদোবা লমল অমা ঐঙোন্দা লৈরে হায়না নিংশিংজবগা লোইননা, হিরম খুদিংমক্তা ইনাও থানেবু য়াইফ মাইপাকপা ললকুবিয়ু হায়না তেংপালবা মপুগী মফমদা পুক্রিং থম্মোই অনিনা অমাতা ওইনা পুনেমজরি ॥

চোংথামচা ঙাম্বা (জয়)
নাগমাপাল, ইম্ফাল।

# হিরম লামাই

—লামাই— —হিরম—

১ | — তেংপালবা মপুদা পুনেমজবা ।

২ | — মঙাংদা, লুরাংনচিংনা য়োইপরেল
ওইবা কয়াগী রাহং-পাওখুম ।

৭ | — তেংপালপা মপু ।

১২ | — হাললেল হালপী লৈমারেল ।

১৭ | — লাইয়িংথৌ অসিপা ।

২৮ | — লাইয়িংথৌ পাখঙপা ।

৩৯ | — নমু পোঙলিং-বা ।

৪৪ | — লাইনিঙ লিচং হৌরকপা ।

৫৫ | — য়ায়পী থরায় হায়নরিববু
করম্না হৌরকপনো হায়বগী রারোল ।

৮১ | — নিংশা সেনপা ।

৮৬ | — পুক্লিং সেনপা ।

৮৯ | — য়ায়পী থরায়না মপুদা লাংবুম ওইবা ।

১০০ | — মিকোল-লোল ।

খোমজিঞ্জদুনা ইজবা :— চোংথাম চা ভাম্বা (জয়)

## য়িপল ক্মাদা

## নপারিগী খোঞ্জেল লৈরাং

মালেমদা পোকলি মীওইনা
লাইনিঙ কাংলোল ঙ্কালমবু
শকতম নাইবা-নাইদবা
মা-মানা, থাজা মিংয়েংদা
অয়ান থুকম ফংনরি।

মৈথৈ ওইবা লাইনিংদি
শকতম নাইবা-নাইদবা
অনিবু খোইয়ুমনি নিঙজবা
লাইনিঙ লিক্কি ঙ্কালমনি।

মন্থো পানতম অমাত্তি
পন্থো হায়বা য়িপানা
ঐ ওইরিবু মরু থায়মথৈ
ঐ হায়বনা খঙদ-উদ, ওইবনা
শকতম নাইদ পাংথকনি।

মিংনা উবা শকতমদি
পলেন হায়বী য়ীমানি,
পলেম মাবু খঙলগা
পন্থো শকতম লেপঙমী,
পলেম পন্থো অনিবু
পুম্না লাইনি নিঙনরি।

তেংপালবগী মপুদি
লুমাং হামুল লৈরগা
পন্থৌ কৌবদা মথুম্বা,
লুতুং খোইপাক শারগা
পলেম কৌবদা মথুম্বী।

পা-মাল, পী-মাল শকলোল্পী,
লা-পা, অমোম শকলৌপা,
হয়ি হায়া খোন্থোকপু
পলেম পন্থৌগী কোলোয়নি
চিঙচু-শিংনা শিংথারি।

পন্থৌগী মতিকনা ওইবদি
খোঞ্জেল মুংশিং অহাংবা
অয়িং-আশা উদবশিং।

পলেমগী ময়ায়না ওইবদি
মৈ য়িশিং লৈপাক
অমম্-আঙাল উরিবশিং।

যালম অসিবু খঙবগী
মপুগী ফমপাল ফংজবা
পাখঙবা হায়নবু কোলোয়বা
পাখঙবা লাইনিং হায়নরি।

পাখঙবা লাইনিং লিচংতি
পলেম পন্থৌ হায়পাঙুং
অমতা-তাকি হৌফমনি
কালম কাংলোল খঙলিবা,

পাথঙ্বা লাইনিং লিচৎপ,
লাইনিং খুতুং ইঞ্জবা-খৈ
মৈ-তৈ হায়না খঙ্নরি।

মৈশা ইনিল লৈবনা
থবায় পালনিবু খঙ্নবা
শকতম নাইনা হিংনবা
তাইবঙ্ মওং লেপ্লিবা
হিংলিবদি মরম-খৈ
মৈ-শা মাতানা ওইবনে।

মৈশা মানা তাকথ্রবা
পন্থৌ লমলেল মকাইফম
তরং মুংতা তিনববু
লাইনিং লিক্নিবু খঙ্ননা,

লাইনিং খুতুং ইন্খিবা
য়িপল-শিংগী নকাদা
পুক্লিং খোঠোকনা লৈরাংবা,
য়াইফ মিৎয়েং তম্বীয়ু।।

চোংথামচা ঙানবা
নাগমপাল
ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

মালেমদা পোকখ্রিবা অমদি পোক্লবা, ৱাখল লৌশিং চঙ-খোলবা তাইবঙ মীওইবা কয়াশীংনা, মৈতে ঐখোয়গী লোলনা, তেংপালদা শেপা মপু অমতা নঙায়বা "খোইয়ুম লাই" হায়না খঙনখ্রিবগুম, লোল তিন্নাদবা মা-মাগী মবোলদা ঈশ্বর, ভগবান, মপু, গোড, অল্লা..................হায়না খঙনখ্রিবা, তেংপালবগী মপু মহাকপু মশক মওং লাক্লা খঙননাব হোৎনবদা, থক্লা হৌখ্রবা মীয়োল কয়া-কয়াশীংনা নৈনাত্নুনা থস্বীরম্বা পাওতাক কয়াশীংগা লোযননা, মতম মতমগী অখঙ অহৈ কয়াগী বাহোলবুশু তানানা ওবা গুরু মখল কয়াগী কাংলোল কয়াবু, মা-মানা থাজবা নিংজ খঞ্জবা হিরম পৌরম কয়ামুক্লা লোয়ননা খুদম চাংদম কয়াশু পিননা তেংপালবা মপুগী মরমদা নৈনাখিবা, নৈননিবা লোইবা নাইদ্রি।

ৱাফম অসি, মালেম অসিনা মাংখি তুমখিবগা লোয়ননা অতুম্মক "মপু" গী অশেংবা সকতম, অরেপ্পা মওং মতৌ খঙবা ঙমদবগা ইরোয়নাথ্রগদবনি হায়বশী ময়েক্লা তাত্নুনা লৈরবা ৱাফম অমনি হায়জনিংই।

অশুম্না ওইত্নুনশু, পংক্লিং চেংপা অমদি চংখোলবা মীওইব-শীংনা, তেংপালগী মপু ওইবা মাবু, মওং মতৌ মতিক ময়ায় মঙাল মশা করি করম্নাবু ওইরিগবনো হায়ববু হংবা থিবা, তান্নাবা খন্নাবা অমশুং খুদম চাংদম কয়াশীং পুথোক্লাত্নুনা মপুবু সক তাক্লবা অমদি খঙননাবা হোৎনবদি তোকপা লৈনদ্রিবনি।

কাংলোল কয়াদা হোৎনখ্রিবা অমদি হোৎনরিবা মীওই খরগী মখৈনা "মপুবু" মওং মথল তোঙাল তোঙালবা কাঙলোলদা মতিক ময়ায় মঙাল নথ্রগা সকতম কয়ামুক মা-মানা থাজবা অমদি খঙজবা-উজবা মওংদা পাওদম পাওজেল কয়া অমগু খায় মীয়ামগী মফমদা পাওদমনরি। মসিবু কয়ম্মা অয়ানবা ওইগ-দৌরবনো, কনানগু খক্ অয়ানবা য়ারোলনি হায়নবা তৌনাদে। অগুম ওইদুনগু, অচম্বা তাইবঙ অমা ওইরিবা ঐখোয় খায়নদি মপু ওইবা মহাকপু অসিনি হায়দবু থোইদোক্না হোৎনরুবা নাইদনা কোমনা লাইনা খঙনবা য়াবা বারোল নথ্রগা থোরমদা খুদম চাংদমবু পীরে চংনভুনা মপুগী মরমদা নৈনবিরম্লবা অমদি নৈন-রিবা অথোইবা মীওইশিংগী মফমদগী খঙজববু পামজবা ছাকনি হায়বসি, অইবা ইশামকগু অমনি।

অগুম্না ওইবা শমলপ্পা রাখললোল নৈজবনা থক্তা চিঙঙ কয়াশিংনা নৈনাভুনা থম্বীরম্লবা "খোইয়ুম লাই" হায়নরিবা অমদি তেংপালবা মপুগী মিংথৈ মিংলেল, মতিক মঙম, শাওল লাংওল খরদংগী পুয়া লাইরিক খর-থকতংদগী ফংজ-থেংনজবা খোমজিনজভুনা ইজবা য়ারোল মঙা-তরা দং অসি মিৎয়েং তাবি-রগা, খোইয়ুমশিংগী মরম নৈনাবদা খচিক্কং ওইনা লংলা লংচিন থোকপা ওইঙমগবরা খঙবনা লাইরিক মচা অসি থোরাংজবনি। অরোইবদা, য়ায়বী থরায়বু মপু মকি খন্না নৈনারম্বাগী য়ারোলদা খুদম চাংদম খরনা ফিরেপ অমা লৌনা থোরম কয়ামুক্তা পাক-শলনা নৈনারম্লিবা, য়ায়বী থরায় কৌদবু রাহৈ য়ারোল অমা-খক্কি থোরম অমাখক্তদা খুথিল পিনা পুকনিং রাখলদা ময়েক শেংনা, অখঙ-খঙদা খাইগী মপোৎ মরল ওইজনাবা থম্বীরম্বা

ৱারোল, য়ায়বী থবায় হায়না হায়নরিববু করি করম্বা ৱারোলগী থৌরমনো হায়ববু করিগুম্বা খঙজিনবা ঐনা খ্বায় মীয়াম্বা নৈনা-হুনা য়েংবিনবা লাম্থোকচবনি ॥

লাইনিঙ থুফমগী কাংলোলদ। মপাল নাইদনা পাক শন্ন-থ্রবা, মশক মওং হায়ফম তম্ফম খঙদবা, হৌফম লোইফম খঙদ-উদনা "মপুবু", ইশা ইশাদা শুপ্পা নকনা পুশিল্লক্লুনা থৌরম ৱারোল মখিং মথা থোলনা, তেংপালবা মপুবু অমতা ওইবা অসুপ্পা মরমদা, অসিনি হায়না খঙবা ওইবা য়াবা পুকনিংগী ফিরেপ্পা ৱারোল ওইনা, নৈমুং অমমলোলগী থৌরম কাংলোলবু হিরি সুনা থৌ-ওইনা হোৎনবিদুনা, পুয়া লাই-রিক খবশিং থৌবা বিদুনা থম্বীবমলীবা, চিঙঙু মিংথোল কোলোয়-নবিবা পম্ভৌ "পা" ওইবাশিংগী ভাংলৌ থাবু পুনেমজরবগা, পাওথাং লৌনা পাওতমজবনে, তশোয় অঙাম চিৎথা নানথা থরমখৈ য়াওরবসু, নৈনাববু পামজবা অপঙবা তাইবঙ নৱানি থলনা মীপোক য়াইফবা খ্বায়না ভাকপিগনি ॥

তেংপালবা মপু, নৈমারেল সিদবী, লাইয়িংথৌ অসিবা (মামহি) অমদি লাইয়িংথৌ পাখঙবনচিংবশিংবু থুরম-খাচং, ইরাং থৌনি পাংথোকনিংবা নৈরবসু, লাইরিক মচা অসিদা ফোংদোক-চরিবা খোইয়ুমশিংগী মতিক ময়ায় ওইবা মিংথৈ মিংলেল থরা অসি, থোইদোকনা মপুংফাবা ওইদ্রগসু অদুমক পুরুম লৈপায়বা য়ারবা মিংথৈরোলনি হায়জনিংই ।

অদুবু ঃ— তেংপালবা মপু, নৈমরেল সিদবী, লাইয়িংথৌ অসিবা (মামহি) খোইনুম অদুম অসিদদি তাইরেম্মা নাসেং নাহাই তৌফদে অনম অহা চুগনি হায়না অহলশিংনা তাকপিরম্মী ।

হায়রিবা খোইয়ুম অহুম অসিগী নাশেং নাহাইনবদি, তিংথৌ, উহল, উরাং, পোংলম অহুম অসিগী মরক্তগী অমনা হেকমক য়াই, অহুম্মক পুন্নবস্থ কৈ হায়না তাকপীরম্মী। থিকতোক চাইথোক চামথোকপগী নহাই য়িশিংগী য়িরম মিথৈশুং মখাদা পঙ্গবক্কে।

থক্তা পঙ্গথ্রিবা খোইয়ুম অহুম অসি নওনা, লাইয়িংথৌ পাখংবনচিংনা অয়াম্বা খোইয়ুম লাই খৈবক্তি তাইরেল, পুং- যাই, নাপু, নাশেং, নাপী, শিংপী, নাখায়, নাতাং য়ুখোক, তাইখোকনচিংবনা থিরু য়িশেং নাশেং নাহাইগনি হায়না পযাগী লিখুলনা খংইল্লি।

ইবুধৌ পাখংবনচিংনা খোইয়ুম লাইয়ামশিং অমদি থরায় পাল্লি মশেল অমগা-অমাগগী মরক্তা অনম অথৌ, তিনয়েং লাই- য়েংনরক্লবদা, অমাই অমাংবীশিংনা খোইয়ুম লাইতাইনবগী থৌরম খৈবিকতা তাইরেম্না নাহাই নাশেং খুংসু ওইরম্লিবগী শমলপ্পা য়ারোলদি :—

অহুংৈ লৈশেম নোংশেম্বা লোইরক্লবদা, লাইবুংথৌ অয়াম্বা খোইয়ুম লাই ওইবনচিংনা তেংপালবা থরায় পাল্লি অচৎ চৎতা পুম্নকপু ডাকপী কনবিনবা নিংথৌ ওইবা খুকমবু লাইয়িংথৌ পাখংবদা মপুনা শিন্নরমন্নবনা। তাইবং লকতা খোইয়ুমশিংগী মরি লৈতায় তুনাবা, অনম অথৌ কোক, তিললি লাইরি মাগী-মাগী পলখৈপু য়াফোং চৈরোইনপতা, থৌরম লংতাই লাংবুম মাবু ওইংমতনবা, লাইয়িংথৌ পাখংবগী মতিক ময়াইনা তলা পামেল তাইরেলদবু চংনা মালেম থকতা মরুপু লিংলকপনে।

বাৱম অশুম ওইবনা, অয়াম্বা খোইয়ুম থৈবিক অমদি থবায় পাল্লি অচং চংতা পুম্নমা ইবুংঙো পাখঙবগী য়্যিরিক য়্যিচুম ওইরবা তাইরেল মচুম্মা খিক্তোক-চাইথোক্লবদি, লাইয়েং তিনয়েংনরম্বা পোক্লল্লবশু। তিললি লাইরি মচা থায়না, তিললম লাইরম খঙনা খোইয়ুম লাইতাইনবদা, অমাই-অমাইবীশিংগী খুংগু ওইনা শুনাবা খোঙ্জাল ললকুম্বিরম্লবা পামেল তাইরেলনি।

থক্তা পঙ্গথ্রিবা নাহাই নাশেং পোংলমশিং অসি, মকম মতম্মা খুদোং চাদবা ১দি থিবা ফংদবা ওইরবদি তিংথো নত্রগা লৈরাং লাংথৈ ফংলবদি পুম্নমাক্তা মহুৎ শিন্নৈ॥

লাইথো থৌনিরোল পাংথোক্লিংবশিংগী

খোরম কাংলোল থরশিং :—

লাইথো থৌনিরোল পাংথোকপীগদৌরিবা অমাই-অমাইবী ওইবা, অহু মশা মাবু য়্যিক্ল সাশেংলবগা স্না-লুপা কোনয়াই খুত্তা শুনা লৈতাই-লমতাইগনি। স্না লুপা কোনয়াই খুদোং চাত্রগনা চেংনা নত্রগা লৈনা মহুৎ শিনবা য়াই।

(ক) লৈতাইরোল কোম্থাবদি :—

হৌ কংলৈবু লমমাহল অমা, লয়েলবু অনি খোক অমা, তুংনবু অহুম খোক অমা, তম্পাক্লোল মঙামক লৈমুরোল তরুকমানা থৈগুপ মাইনা রোইরিপা, লৈখাপী, লৈয়াম্পী, অপোক চানু, খমবাই চানু তম্পাক লৈশুক লৈশোই য়াম্পী অমা, য়্যিথৈরোল নামুংপা য়্যিথৈ-রোল নামুংপী ক্রৌ নোংথো তরেৎমাক্তাকিশুং কুম্লক-লো মালেম লৈখাবোল তরুকমাক্তাকিশুং কারক-লো, নশু হে বুংথো, নশু হে পেম্মানা পাথোইকে পুথোইকে কপোলাক মরাংলাক, মিরেল-পালকা শিরাইরেলতোং পুলশি মুংশাংনা হাইনা হুম্না পালকে

হায়পকি, ক্রৌ নোংলমপান অভৌপনা কোলকা চল, মালেম লৈন্না অঙাংপানা য়ায়কা থারাপনে, হে কুরুম, হৌ কা য়ো ।।

অসুন্না থৌনিরোল তৌগদৌরিবা মফম অদুদা স্না লূপা কোনয়ায় থাগনি । লাইরোল অসিমক্কী অহৌবদা পল্লিবা হৌ বংলৈবু লম্মাহল অো হায়রিবা, কংলৈ হায়বা রাহৈ অসি কংলা মনুং অমাদ কংলা হায়রগা খণ্ডনরিবনা কোল্লিবা লমখৈগী মফমশিংদা থৌরম তৌরগদৌবদা পলবনি, নত্রগদি :—

ইস্ফাল অমশুং কংলৈ মখৈদি, হৌ কংলৈবু লম্মাহল অো হায়গনি,

অবাং মখৈদি, হৌ থাংরাইবু লম্মাহল অো হায়গনি,

কংলাদগী নোংপোক নোংমাইচিঙ

চীঙখোঙ ফাওবা হৌ রাইরংবু লম্মাহল অো হায়গনি,

নোংমাইচীঙ রাংমামখৈ হৌ শেলোইবু ,, ,, ,,

লিলোংদগী থৌবাল মখৈবু, হৌ লাংলোইবু ,, ,, ,,

হিয়াংথাংদগী ফৌগাকচাও ফাওবা

শেগালম্বী শোরোক্কী নোংপোক মখৈ হৌ লানলোইবু,

লম্মাহল অো হায়গনি,

অরোংদগী শুগনু ফাওবদি, হৌথাইরবু ,, ,, ,,

শুগনু মখা মখৈদি, হৌ লেইন্নবু ,, ,, ,,

লাইরেল শক্তিক্তাগী ইরেংবম ফাওবা

তোংজৈ মরিল লম্বী মনিং হৌ লোনলোইবু, ,, ,, ,,

ওইনামদগী নিংথৌখোং কাওবা হৌ খুরোইবু ,, ,, ,,

নিংথৌখোংদগী মোইরাং কাওবা, হৌ

ঙাংডোইবু, ,, ,, ,,

মোইরাংগী মনিং ১দি চিঙমখৈ, হৌ কেগেবু ,, ,, ,,

লাইগী লাইশঙ মমুংদা কোনয়াই হুনবদি {থাবদি} চিঙঙ্বা লাইকোনমুং মোংবা য়ুমদাংশাং, হৌ.................. {মথক্তা পঙ্গথিবা লম লমগী মমিং পলনা কোনয়াই থাগনি}। কবোদা শেনবী, ময়াংদা থোংনাং হায়না পলগনি ॥

থৌনিরোল তৌগদোবিবা লমখৈ লমদম অতু চম্মম্বা হায়বদি লমখৈ খাইদোকপা মুংঙাইতবা ওইরগদি, লমদম অতুগী মমিং খ্বাইনা খঙনরিবা অতু পল্লগা কোনয়াই থাবগু য়াই।

অগুম্না লনতাই কোন্থারোল তৌরবা লমদম অতুগী পুথি, তুরেল, পাৎ, কোম্বু ওইরবগু য়িশিং য়িরু নশেংবা ওইরবা অতুদা লাইমিং য়িকৌরোল অসিনা কোনয়াই থাগনি, স্না লপা, নক্রগা লৈ অঙাংবা অঙৌবনগু য়াই।

(খ) য়িকৌ কোন্থাবোলদি :—

হৌ য়িলোই য়িমাতোম্পু য়িমাহল অো, য়িমুরোল লোল মঙামক য়িঙৌরোল লোল তরুকমক, য়িখাপী য়িয়ামপী য়িপোক চান্নু য়িঙোই য়াংঙোইপী, য়িপাক চান্নু য়িশুক য়িশোই য়ামপী অো য়িপু শিচাপা য়িনিংথৌ, য়িথৌলেল য়িথৌপাতি য়িপাথোই য়িপু থোই, য়িপোনি য়িরাংনি, য়িবেংপাংকা য়িরাইলেলতোং য়িপুলশি য়িনুং শাংনা, য়িপালনশি হায়না য়িকু নুংল অপানপা নংবু, য়িরেম লৈস্না অঙাংপনা, য়িমুরোল লোল মঙামক, য়িঙৌরোল লোল তরুকমক য়িথা নম্না য়িতাইবাপনে, য়িমু নমনা য়িতাইরাপনে হৌ য়ি ফুং ফুং ফুং।

পুথি, তুরেল, পাৎ, কোম য়িশিং য়িরেল মক্রম অতুদা, হায়থিবা লাইরোল অসিনা য়িকৌতুনা কোনয়াই থারগা, য়িক্রম অতুমক্তা খুদোং চাবদি, লাইথৌ থৌনিরোল তৌগদোরিবা

অনাই অমাইবাগী ওইবা অতু য়িরু লাইশোল শোন্দুনা তাই-রেল পুংফাইনচিংবশিংনা হকচাংবু খিকতোক শেংদোকানি।

## (গ) য়িরু লাইশোলদি :—

ক্রৌ মচি য়ি, রাংপল মনাও য়ি,
খাকপা পুরৈরোম্বা চিঙচু পুবাং নাকাপা
খোইমোম খোংমালোং বোনতেপা, খো মালোং হলরাইপা,
পিগ্রাইপী মশেরপী, খোংতাইপী অশাপী,
লৈরিকপী লৈরিকপা, সলখোমপী, সলখোমপা,
হোই থাং অো, য়েং থাং অো,
রুহক অো, হক্শা অো,
লৈরি লৈফোং অো, লৈমা য়োইরেলপী,
রাজা শিলহৈপী, রুতা শিলহৈপা,
নুমিং লুতোল হৈপী, থাবা লুতোল হৈপা,
অক অশেংপপু ক্রৌ মচি সেললোই য়ি,
কমপোং নরাং যি, তৎতা লৈরোং য়ি,
লামপী সলশেল য়ি, সীংথা খলতোল য়ি,
লাই কয়াগী লাইশেংথাপী য়ি,
খিংখোম পুংহাংপীনা মবি লৈনুংথংকি যিরাইপা,
নমপোল ডাম্পিপাপু লাকতে হায়না
য়িনুং খোংপু হোৎনা নোংঙাম খেং,
চিংকোই নারল য়িতা য়োকচমপা লোংচাও য়ি,
লাইচা য়িরিক লাইশেং শেংথোইপা য়ি,
কে-কে থারিচঙ কোইরেল য়ি,
কে-কে লাই খুলোংপী লোকলৌ য়ি,
মোইরাং লাইশেং থাপী থালৌ য়ি,

রাইখু খুলোং য়ি, থারো লমশং য়ি,
চেক্লা পোনপী থিকক্রি অমুপিনা—
খুংফাং লৈচং ফংনা হোৎনা য়িখঙখোং,
য়োইময়াই তাওতলপা থাপা মচুপ শানাম্নি,
পুরুম তাওপী য়ি,
য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা লাইচা য়িয়োক কোম,
লাইকোম য়িরিক লাইচা পাম্পা কৈথৌশেংনা য়ি,
নোংপাল তোইপী লৈনা লাইশেং য়ি,
লুরাং নাহা সাতালপা য়িরোল লালতা য়ি,
অশেং অরুপা তুরেল লোকচা মাংচা য়ি,
সারোল মাংচা য়ি, চিঙপল লাইচা য়ি,
নোংমোইনু অহোংপী তুশেং কোল,
ঙাংঙোই য়োইমোংবা তু-তেং য়ি,
লিলরাই য়ি মরু,
য়োইহৈতোল তাওশিংমাং য়ি মরু তু-তেং য়ি,
কাচেং লোই থোংপাল অঙৌপা পুরৈরোমপা কোক-থা য়ি,
থৌপাল লাইচা অরুপা লমলেল মরু
খাংখোং মরু লাইখোং লম নামুং,
অশাংবম লৈমা রাইচৎ য়ি,
অরাম্বম য়িতি রাইকোৎ থি,
য়িরিক য়িশুক য়িশোই য়ামলিপা
য়িরিক পুম্নামা খোংলম পুম্নামতা য়িত্তিললিপা।
হা কোংবা পুমশাইখোং, কুমশু খোং,
মরোং খোং, চিঙকোই মুংচেং মুংখোং
মুংলাওপী, য়িরম লাইচা শেংথোইপা
তরেৎমাকি য়িতিল কোলতা,

তাইরেল পুংফাই নাপু নাশেৎ নাপী শিংপী
নাখাই নাতাই ৱুখোক তাইখোক,
সিদ-নাদ য়েল খৈৎপিক তিলনা
লাইচা খিকফেলনা য়িরু শাশেংচরাপনে।
হা ৱুং হা য়েং। হা ৱুং হা য়েং। হা ৱুং হা য়েং॥

য়িরু শাশেংবা লোইরবগা, নাহাইফু অতুনা য়িশিং য়িমাইবু য়েং-বোই হায়দোক্লবগা মাংদা অমুক ইল্লুৱাগা ইশারোমদা চিংয়িলনকপদা ফু অতু মপুক থলনা য়িশিং লাকখৎলক্কানি।

লাইচা য়িশিং অতুনা লাইগী থোৱম খৈৎবিক খিকতোক চাইথোকপদা শিঙিল্লগনি।

ৱাফম অমনা:— য়িকৌ কোম্থারোল শোল্লহনা লাকখৎলকপা য়িরু য়িশিং নত্তবা, নাহাইফু ওইগদৌরিবা ফু অতুনা হালনা লাকখৎলমপা য়িরু য়িশিং ওইৱগনা, হাযত্ৰিবা য়িকৌ কোম্থারোলনা নাহাইফুগী য়িশিং অতুদা কোনয়াই থাগনি। কোনয়াই থাবা লাইচা য়িশিং অতু শরুক খর খাইদোক্লগা য়িরু লাইশোল শোন্দুনা হকচাং শেংদোক্কনি। লাইগী থোগল চংগদৌরিবা অমাই অমাইবীনচিংবা মী মখৈ য়িরু লাইশোল শোন্দুনা খিক্তোক চাইথোকলিবা য়িশিং য়িরেম্না লাইগী থোৱম মখা চংথৱকপদা শিজিন্নবা তৌবিরোইদৌবনি।

লাইগী থোৱমদা চংনবা লাইচা য়িশিংদি, য়িরু লাইশোন্দুনা তাইরেল পুংফাহনা লূপত্ৰিবা লাইচা য়িশিং অতুনা নাহাইরোল অমদি থোৱম অয়াম্বদা চন্নগনি। করিগুম্বা মফম মতম্না য়িরু

লাইশোলবু মপুং ফানা ফোংদোকপদা খুদোং চারোইদৌবা থোকলবদি, ফোংদোকলিবা য়িরু লাইশোলগী লোইশিল্লকপদা, "হা কোংবা পুমশাই খোং কুমগু খোং" হায়বা অদুদগী হৌরগা অরোইবগী হা রুং হা য়েং অদু ফাওবদং শোলনা তাইরেল পুংফাই না খিন্না চাইথোক্লবগু, অদুমমক হেক শেংলে হায়নগু তৌনৈ ।।

কুকম রুনা রাপু হায়কে।
( শুরুংলোল পুযা )

হৈরাং লৈরাংকতৌরিবা পোৎলম পুম্নামা অতো, য়িরেল তবেৎকি য়িশিংনা নাপী শিংপী তাইরেল নারোংপা য়াওনা খিক্লোক চাইথোক্কানি। রারম অসিতি স্নামহি লাই সিদবা, অতিংঙা য়াইপীবেল সিদবা, লৈশিরেল লৈপুলবী লাই অহুম্মা-কিতি নত্তে। লাই অহুম্মাকিতি রুহল, রুরাং, তিংথৌ মনা ৫ পালপানা চাইথোক্কনি।

(ঘ) য়িরেল মিঙৈথেতি :—

তুবেল য়িনে,
লোকচা য়িনে,
মাংচা য়িনে,
সারোই য়িনে,
পাম্পা য়িনে,
নারেল য়িনে,
চেংলৈ লুরাং য়িনে।

লাইচা য়িথিং ৭ কি য়িক য়িশেংনা খিকপেং চাইনা খিকশেংলবনি থাশেংলবনি হা রোং হা য়েং। হা রোং হা য়েং। হা রোং হা য়েং ।।

থকী য়িরেল ৭ কী মিখৈ অসি অথোইবা খোইয়ুম লাই অহুমগী হৈরাং লৈরাংলিবা পোৎলম পুন্নামা, খোইয়ুম লাইবুগু য়াওনা খিক্তোক চাইথোকানি। (উহল, উরাং, তিংথৌ মনা ৫ পাম্বনা)।।

(ঙ) নাহাইরোল :—

রুম, রুং হৈ, রুং হৈ, কে............
য়োইগা মেলকা য়াইগা,
থৌরিং থোয়ালাং থৌরিং
থৌদিল লাংবু থৌরিং
থবা পোঙথৌ তম্লি
থবা মাপু লাননংতে,
মুমিং পোঙথৌ তম্লি
মুমিং মাপু লাননংতে,
য়ারা কোনখাং শাকি
পোংথৌ মথং পিজগে,
কুনচা পানলো থোগে
নোংচা পানলো থোগে,
ঙাল্লরে তেম্মারে,
রোং হৈ, রোং হৈ।

লহাননোং মোংবা
তুদো খোংতৌ নোং,
তু তেং খোংতেং নোংগীবু
থৌরিং থোয়ালাং থৌরিং,
থৌদিল লাংবু থৌরিং,

থবা পোঙথৌ তম্লি
থবা মাপু লাম্নংতে,
মুমিং পোঙথৌ তম্লি
মুমিং মাপু লাননংতে,
য়াবা কোনখাংশাকি
পোংথৌ মথং পিজগে
কুমচা পানলো থোগে
নোংচা পানলো থোগে
ঙাল্লারে তেম্নারে,
ৰোং হৈ, ৰোং হৈ।

অশুম্বা, অশুপ্প। (অতেম্বা) নাহাইরোল অসিনা, উইল উৱাং অমদি তিংথৌনা চিংবশিংনা লাইরোল অসি শোলনা, খোইয়ুম লাইনা চিংনা পোৎলম পুম্নামা খিক্তোক চাইথোক্কনি, অতুগা, "লাই অতুগী" মিখৈনচিংবানা থোগল চংতুনা মখা শমথানা থৌরম খৈবিক চৎথরগনি ।। তেংপালবা মপু, লৈমরেল সিদবী, অসিবা (স্নামহি) খোইয়ুম অহুমগীনি ।।

লাইয়িংথৌ পাখঙবা অমদি খোইয়ুম লাই ওইবা অয়াম্বা লাইতাইনবগী থৌনিরোল চংবগী মতংদদি নহাইরোল মপুং ফাবা হায়বদি, থোকপ্পা হৌখ্রা থৌখোক থৌরম খরা মখৈ মকা লাম্না ফোংদোক্লিবা লাইরোল ওইবা নাহাইরোলনা ইবুধৌন চিংবগী থোগলদা শরুক য়াগনি। হায়রিবা লাইরোলশিং অহু চাওনা শাংনা লখল কাংলোল য়াম্বা ওইবনা মফম অসিদা ফোংদোক-চরমদ্রে ।

য়েংবিগদৌবা অমা :—

তেংপালবা মপু সিদবা, লৈমরেল সিদবী, অসিবা (স্নামহি) খোইযুম অহুম্বু লাইথো থৌনিবোল পাংথোকপিনিংবশিংনা থক্তা ফোংদাকচখ্রিবা থৌবম পবেংশিংদা ক, খ, গ, ঘ, ঙ, থাবা মঙামক যেংবিবগা থৌবম পাংথোকপিগনি।

খন্নাং য়িবেং পুরারিগী রাযোলদদি, খোইযুম অসিবা (স্নামহি) গী তু মাল, তুহাও তুবেংনা নাপী শিংপী, হুপ্রা হারা, উ রা, তাইবেল পুংফাইনচিংবা, মালেম থক্তা হৌরিবা পান্নী পুম্নমা ওইবিবনি হাযববু ফোংদোক্লি। অশুম্না ফোংদোকলিবা, অথোইবা খোইযুম লাইগী তু-হাও তুলেংনা ওইবিবা পান্নী শিংদগী, অখন-নবা পান্নী খবদা তেংপালবা মপুগী যৌজান্না খোইযুমশিংদা মা-মাগী চাকথুং শরুক তরি-পিবিবা ওইবা হাযবদি, অপোকলোল থৌনিগী মতাংনচিংবশিংদশু, নাশেং নাহাইগী পোৎলম, হৈ লৈ মনা মশিং, পোৎচং চৈচং, উ রা, লা শিঙ নচিংবা, তোঙাল তোঙাল ওইনা মখল নাইনা থৌজাল লনকুবিবান্নিবনি হায়না লৌজনিংই, মবম অসিনচিংবা কাংলোল লৈবনা, থক্কি মীরোল চিঙঙুশিংনা যৌবাংহন্না থগীবম্না, ওই-য়েৎ ওইবা পোৎলম, হৈ লৈ অমদি যৌরম্মশু যান্নিমখ, তোৎশিন যালশিন্দনা মচা খাইনা লাইথৌ থৌনিবোলশিং পাংথোকপদা শরুক য়াবনা খোইযুম-শিংনশু পেম্বা ওইগনি হাযনা নিংজৈ।।

চোংথামচা ঙাম্বা (জয)
নাগমপাল, ইম্ফাল।

# মপুগী মতীক মায়ায়

—): (O) :(—

ঔঁ হয়ি হয়া হে, হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
মালেম তেংপালবগী মপু খোয়ুম সিদবা
নঙনা কেৌ নোংথৌলেলতা, হুং কাই মালং
থোইয়াংপপু সমু খোঙ-ওইননা, সেকমোম
কাইমোম নুংতাকি খোইরাকুম মরি থাং
তিংকোইকুম মাতা লাম পরিং লাংশং লাকনা
য়ায়পী য়েলহৌ তম অমমম লৈশা হাংলকপা
য়ায়পী ওংথি হুম-ওইনা, খে........
নুংনাং তকুপ হৌ, পোইতিং নোংথাং
তরংলেল, তরং লাইচা য়িপোকপা,
য়েনতাও তাওপিরোইনাই, লাইরেল তাওরোইনাই,
নুংকাং মহারাপা নুংমু তুমতাপা নহাক্লা
লৈ-নোং, তাইপঙ নোংশাপাল শানশেমখিঙৈকি
থোওং মিংখেশীংপু খচিক শৈথাচাপা অসিলকতা
চাকচা ফিশেৎ নচু নমেল্ল নমিং নাথা
ব্বাৎলে হায়না তাথিপিকুনো, খুৎফাং
তরামানা মালেম লৈতা পকনা চিঙঙু
নঙকি নখোঙ খাপু, তয়ুম তাংচা
ইকোক শোকনা হলনা হলনা পুনেমজরি।
হয়ি হয়া হয়ুম হয়ুম হয়ুম॥

থাইনা নহালনোং মঙাং লাইনিংশিঙ অনৌপানা, লুব্রাং হোংনেম লৈকোয়পনচিংহন্দা তাকপীখিব, তেংপাল-পাকি মপুনচিংনা, খোইহুম লাইয়ামশীং হৌরক ওই-রকঙৈকি ব্রারম মনুং চলপা খৈবিক, অমদি তাইপঙ নোংশাপাল ওইরক্লাপকা নমু তাইপঙনচিংনা মালেম থক্তা লৈতা খোঙতারক্লীপা, তাইপঙ থব্রায় ওইবশিংগী মরক্তাগী নমু তাইপঙ অমা ওইনা তেংপালগাকি মপু মাবু, নিংচা-সোনচা থিচাগতা করি করম্বা থৌরম অমদি মিংখৈনা, মাপু মাগী লিকলম্ব থিঙম খঙঙম-কাতাপকে হায়বগী মখৈপু। মঙাং লাইনিংশিং অনৌপনা তাকপিরম্বা ব্রারম মচেৎ-মতাপু চিঙঙ্গু কোলোয় ময়া-থংপু শৈথাজরক্কে। উলপী শেলোং লিকতানা নাতাঙৈনে, হয়ি হায়া হে॥

কোননুং পলপাললেল মাইকৈ লিকলম পাংপরমকি শিমরি উমং নিংথিবা, ক্যৌ নোংলুমপাল চুভানাকঙম নিংথি ঙমখৈ লৈতাপা, তল্লা উপাল চাংথোইবা উখোং-খা অচিকপা, তিংখৌ সংথাং হেনপনা স্না লিফক থাকুম উলপী পুক্লিং হপাংবা, চিঙঙ্গু কুরুম সিতাপকি মশাওল, মঙাং লাইনিংশিং অনৌপা চিপা মংলেল কোইপনা। য়োইপারেল নাইনুংচং খৈহিকপু হৌশি ঙমচিংপীদুনা, লুব্রাং ব্রুরুম লৈকোয়পা, সারাং মেলৈপাশুং, হৈয়েল মোরামপাকা, মালতিং কুচুপাশুং, কমগোং মহারাপকা, খুলচা লাকাপাশুং, য়োইপারেল নাইনুংচং তরুকমানা চিংনা, মঙাং লাইনিংশিং অনৌপাকি শ্না মখোংখাতা য়োইনা থৌখল থোইনা ফম-ফমলিঙৈ, লুব্রাং পুক্লিংপানা ফুপাক লৈতায়-ভুনা পাংহংচখিয়ে।

হে য়িপুঙঙ্গু, য়াইফরেল য়াইফাথোয়বা নংপু তাওো, তাইপঙ লৈরোল নোংলোল মরোল তরামরিমকি ব্বারম মনুং চলপাপু, হে য়িপঙঙ্গু নংকি সমু মাংতা থানা খংলিপা মশেলনে। তেংপালপা মপুনা চিংনা অথোয়পা খোইয়ুম ব্বোইপাশিংকি শাব্বোল লাংব্বোল মতিক ময়ায় ব্বোয়পা অমতি মিংথৈ মিংলেলনা চিংপাশিংবু মতৌ পানতম করমনা ব্বোয়রকপনো হায়পাকি মাখৈপু না-তানিংপনা লাইচা য়িখৌ লাংকুমলাপা নপারিশিংকি পুক্লিং ব্বাখলপু, থৌচাল মিংয়েংনা নোংতমপিতুনা, হে য়িপুঙঙ্গু নংকি থম্মোয় লৈকা নুংপু লৈকা মখুম হাংনা নদায়রেম অথোয়পু ব্বারম থাংথৈ শেংনা পাওতাকপিওো, হায়না পাওহংজরক্লাবদা। মঙাং কুরুম চিপা মংলেল কোইপনা পাওখুমলকয়ে, হে লুব্বাং হোংনেম লৈকোয়পাওো, তাঙ্গৈপং পুন্নামাকি ব্বারম মনুং ওয়পাপু লুব্বাং নংপু হেলনা কনানা সানখংলকাপনো, য়োয়পারেল নংকি নতিক অথোয়পপু ধজিক্তা ব্বাংহমলককে, ঊলপী শেলোং নিক-তনা নাতাচৌওো।

লৈব্রোল নোংলোল মরোল তরামরি-মপু পাফল লিলনিংথৌপু ওয়না লুব্বাং নংনা পুসিরিয়ে হায়পাকি লুব্বাং কোলোয় নমিংথোলপু, মালেম লৈরিহলপাওো তৌনা কৌয়ে। অসিগুং মাতোমতে, লুব্বাং নহাকসাংকি হকচাং ফিথুপ মখাকিনা লৈখারোল ভরুকমপু সেমনারিয়ে হায়পকি খমচিংকোলওো তৌনা কৌয়ে। লুব্বাং ফিথুপ ময়ায়কিনা তাইপঙপাল অসিতা নমু পোংনা চিংনা থব্বায় পালপা অয়ামপাশিংগী লৈতা খোঙতা লৈপু ওইনা তাইপঙ

খুললিংনরিয়ে হায়পনিকি, লুব্রাং কুরুম লৈচাওপাওো হায়না কৌনরিপানে। লুব্রাং তাংচা লুরেলতোললা কৌ নোংলোল তরেৎমপু ওইরিপনিকিনা কোলোয় নমিং-থোলপু লিক্লা য়াথা থোপা, নোংমদোল খোঙকাও কলপাওো তৌনা কৌনরিপানে। অশুম্না থৌরম পুম্নামা ওইরিপা নঙকি নফমতা শিলফম করম্না-মপু মঙাং ঐনা পাওতাকলুকাপনো। থব্রায় য়াইপীরেলকি মিরেল লালনা ব্রাপু তাংচা শমপুম মরমতপু মঙাং ঐনা ললশিংগিনিংপতি লৈয়ে, তৌইকুম তাইপঙ পুমনামকি মতিক শুপথোয়পপু মঙাং ঐনা করম শানখং-ঙমকাপনো হায়ঙমলোইয়ে।

ব্রারম অশুম থম্মোই লৈকা নুংপু লৈকা মখুম খুমনা ব্রারম সানফোংগিতারপকি, লুব্রাং হোংনেম লৈকোয়পতি হকচাং মতু-লিং সাব্রা তুখোঙ চুংনা থুমলেল ইচেল-থরকলে।

হে য়িপুঙঙু নঙতি য়াইফরেল য়াইফবা লক্তাগী লাংয়েল ব্রাথক থোলকুম য়াইফা শুপ্না থোইপা মপু-রেলনে, তাইপঙ থব্রায় পুমনামকি খোইরাংহি মশিন থুমখোইবা, থুমলেল ইশৌ হৌপা, খোইরাং ইশৌ হৌপী অনিমপু, কুরুম নঙপু নৎতনা খোইম্নুম কনাকুমপানা নোংতম-ঙমলাকাপনো, নদায়রেম অৈখোয়গী থব্রায় ইমিরেলপু লালনা থৌরম তাকপিকে হাইপনিকি নোংচেং ঈ মরুদা নপী-নপা নাইতনা নতোম সানফোংলকপনে, কুরুম নঙপু নৎতনা খোইম্নুম কনাকুমপানা তাকপি-ঙমলাকপনো হায়না পুনেমচাখিয়ে।

শাল্লাং মেলৈপাশুং পিরেল মিৎপাল শিলনা হক-চাং পুমনা নিকলকলে, য়াথং লৈশী লৈথোল থোইনা ব্রাকৎচাখিয়ে।

হে য়িপুঙশ্ব, য়াইফ থোইপা নওতি খোইরাকুম মরি থাং, তিংকোইকুম মাতা লাম চাপোক-কা তাং-শিননানা নাওতা খোঙতোল শংপা লক্তা য়াওতাপনিকি, লিক্লা কোনকা তাপা য়েননা চালাং থাংনা তেকতা লাইকাই থোঙ ফাৎতপানিকি চোইনৌ শ্না মৈথাংকোন-কুম শ্না কোনদ্র মাংফাতপাকি কুরুম য়াইপিরেল সিদবা নঙনে, নদায়রেম ঐথোয়পু পাওতাক ফিরোল নাইনা থুপপিরাকনো হায়না ব্রাকৎচখিয়ে॥ কমপোং মহারাপা চেংলৈনিংথৌ হলপা মিংলেল নোংহুমপাশুং চাংচৌ চেপনা লোল মালেম লৈতা পকনা ব্রাকংচখিয়ে। হে কবরম নঙতুম মচি য়াইমরুনে, থব্রায় নিংশা হোললিপা খৈপিক-কি থম্মোয় লাইহিমনুংতা সিনপা থুংনা লৈপিরিয়ে হাইপকি হে কবরুম নঙকি কোলোয় নমিংথোলপু মঙাং কবরুম চিপা মংলেল কোইপা-ও তৌনা কৌনরিয়ে, কবরুম নঙপু নৎতনা খোইয়ুম কনাকুমপানা ভাকপি-ঙমলাকপানো, ঙমলোইয়ে হায়না পুনেমচাখিয়ে।

খুলচা লাকাপশুং মালেম লৈতা খুংফাং নমনা পুনেমচাখিয়ে। য়াইফরেল য়াইফপা খৈপিকতাকি লুচিং-লিপা হে কবরুম তা-ও, নদায়রেম ঐথোয়কি থব্রায় ইমিরেলপু শ্না ফুদোং-থৌদা কবরুম নঙপু নত্তনা, তাংচা শমপুম মরমতাআপু খোইয়ুম কনা-মনা তৌপি-ঙমলাক-পনো, খোইয়ুম লাইয়াম খৈপিকশুং ব্রায়েল থৌরম চলনা

লিললা হু থৌরি অপৌপানা পুল্লিপা মশেলনে, থুমলেল নথৌচালপু থোচাল নমমুক্লানা থুপপিরাকুনো, হায়না য়াথং লৈসী লৈথোল থোইনা ব্রাকৎ পুনেমচাখিয়ে।

য়োইপারেল মপারিশীংকি য়াথং পাওহং অসিপু ব্রূলপী পুক্লিং গিনাগিরাপকি, মঙাং লাইনিংশিঙ অনৌ-পনা থম্মোই লৈকা নুংপু লৈকা মখুম হাংনা, তেংপানবা মপুগী মতিক ময়ায় মঙান অমদি মিংখৈশিংবু ফোং-দোকপিরকলে ।।

তাও, তাও-অো, হে য়োপারেল ইপারি লুব্রাং হোংনেম লৈকোয়পা অো নঙনা চিংনা, নখোয় খ্বায়গী য়াথং পাওহং ব্রা অসিপু, তাইপঙ নোংশাপালতা লৈতা-রিয়ে, হে মিপোক য়াইফপা নখোয়গী য়াথং পাওহং ব্রা অসিপু ঙাকঙমলারোইয়ে। তৌইকুম তাংচা শমপুম মরমতা-মাপু ব্রাহমলককে উলপী পুক্লিং পিনা নাতাপি অো ।।

হয়ি হয়া হে, হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ মালেম তাইপঙ পালপকি মপু, লৈকোয় থোইকোয়পা, মচি ললমরু থব্রায় য়াইপী পিমাপা চিঙঙু নখোঙ খাপু পুনেমজরিয়ে ।।

ঔঁ তেংপালপা মপু

হয়ি হয়া হে, হাললেল হালপা অহালপা, অতিং ঙমখৈ লৈতপা অতিংকোক কুরুম সিদবা মহাকতাকি হুমলেলপু নিংশা ৱোইনা মচেৎ অমা চিংথোকলকপা, হুমলেল নুংতাকি হামলেলপুশু শা-ফোংলকপা, হুমলেলকা হামলেলকা অনিমানা তিননারাপকি কোংপোল লিক্লা য়াইরংচাল মাপু নৌনাওরকপা, লিক্লা য়াইরংচান মানা নোংলুম মপু শা-ৱোললকপা, নোংলুম পিপুকনুংতাকি মি মকু পাংকলপাপু শা-ফোংলকপা।

মকু মানা অতিং পিপুকনুংতা কোইনা খুফম থিনা মাইকৈ মফম খঙদমখৈ পাইনা লৈঙমলিঙৈ, তেংপালপা মপুনা মঙাল নায়না শা-ফোংলকপা, তেং-পালপা মপুকি মফমদা মকু মানা কোইনা খুফম থিপকি পাওদমখি। অৱাং লাইনা পাংপরমকি অপক কায়পা চিঙ-তোমপোক মহৈ য়ায়লাংচাকি মতিক ময়ায়কি পাওতমপু তাপাতা, মপুনা মকু মাকি কাইতোং খুফম-মপু থৌরাংগিরমলাপাকা, তেংপালপা মপুনা অপক কায়পা চিঙ-তোমপোকপু থুখাইরুরকে হায়না অৱাং লাইনা পাংখিরপাকা মহৈ য়ায়লাংচাপু থুখাইরকলে হায়তাপরা।

অশুম ৱোইপা মহৈ য়ায়লাংচাকি শা-খাইচাকি তাওপারোইনাই, তাওপায়িরোইনাই, লাইরেল তাওরোই-নাই অহুম্মানা, নুংমু সিদবা, নুংকাং মহারাপা, য়ায়পী নুংহৌ পিমাপা কৌনা থিরেল খোইমা নুংতাকি থমপাল লৈরিক মালনা হুলথোকলকপা, নুংমু নুংকাং থক্তা লৈরি

নুংকাং মহারাপাকা, তিললি তিলতাওরেলকা খোইয়ুম ফিথুপ অহুমশুপা ম:খায় অহুম্মানা তোইতাও হরাওনবদা, শানু, খামপী, মৈএং, মৈইরিক, মৈথাং, মৈখৌ, অচাওমৈ, মৈরম তরেৎমনা নুমিৎ থা থব্রালমিচাক খোংচোমনুপী পুম্নামপু শাব্রা তুখোঙ খুদিংকুম হুইথারকপা খোইয়ুম ফিথুপ অহুমশুবা মানা মঙাল মৈরা হৌনা উলথম লিক্লা হুইথরকপা।

তিল্লিরেল, লাইয়িরেল, থায়িরেল, লিলতাওরেল, তাওরোইনাই, মঙামপু য়েনথারকপাকা, লাইয়িংথৌ মানা খোইয়ুম খাকপা তাওরোইনাইকা লিয়েৎননা পাইমা মনিংশাকি থেরে লমলৈ ঙালপা চেকপু তাংপল ওই, কাচোং নোংথাং মৈরিকপু সমু পালোয়ননা শেকমোম কাইপী লিতল হুল ফম্পাল নুংকাং থক্তা য়োয়চাল ফাপা লাই-য়িংথৌ য়োয়লৈ য়ায়পীরেল সিদবা চিঙঙু কংলৈ অসিপানা থিংলৌ য়াতোন তোংনা মালেম লৈখোঙ শোম্না য়োয়ন রপাকা লাকোং লুরোইথক্তা কৌ নোংহৌরকপা।

তিল্লিরেল খাকপা তাওরোইনাইকা, লাইয়িংথৌ চিঙঙু লাকোং য়ায়পীরেলকা লিয়েৎননা মিৎলৈ নারং থোং শাব্রা তুখোঙ খুদিংগী চিঙঙু লাইশীং শুনা হা কোকপা, চিঙঙু লৈশারেল অশংপানা মালেম লৈমায় তেমখিয়ে, য়ায়পী সিদবা লাইরেল লিলতাং শাংবা কৌনা খোংলেল তুথুপ শেমলাপকা শ্যা কোনশৌরেল কোখৈ হুইরেল য়ায় সিদবা কৌনা, থাপী সেনকোয়রেলপু নাথিলপানা লোইতাম থাচা পাখঙপাপু পুনচিং চিংথোকপিবা।

চিঙঙু ফিথুপ অহুমশুবা, থি হকচাং ওইবা লাইয়িংথৌনা, শেনকোয়রেল, চোস্তে, পোল্লাং, ইপুল্লেল, ইকাংলেল, ব্রানশাপা, ব্রানমুপা, ব্রানঙৌপা, চরিথোমপা শারু, লাইতা, লাংচেং, শেনলোয়নাই তরানিথোইমাকা চংশেমলম ।

য়িপুনলেল, য়িকাংলেল, য়িতাইরেল, লৈকাচো, নোংকাচো, ব্রামুপা, ব্রাঙৌপা নুংকাপাক, নুংচোংপা মকুরোল খোইয়ুম লাইপুংথৌ মাপল মাপু শা-কাই তোংনা শোয়া তরামাপুশুং খোংনেৎ খোঙতাননা, নমখাং খোকয়ুং ওইনা ফমফম ফালখোঙ ওই, মৈপুল চকথাং ওই, খকখল লৈখোঙ ওই মতোম ফমফমখিপাপু. মকু য়ায়কা চেরা লাংনপু তিনখিয়ে । কাংঙোইরেল, কাংখল লৈপিরেল, লৈচিকলেল, লৈথমলেল, খোমলেল, লৈহাওরেল লৈপা তোমচেংনু, খমব্রাই য়ামব্রাইরক, মালেম লৈখল তরেৎমানা মালেম লৈরোল তরেৎমাপু ঙালনা নোংশাপা লাইয়িংথৌ, শারোং ইহুলপকা লোইরেল মাহৌ য়িব্রাং ফোই, খুলপী নারোং চং, খুলখা নানৌলোক লৈথারক-লাপকা,

থোংঙপাল মখুমতা নোংতোল ক্রোহল, নোংখাই মাপু ওইনা মতোম পানফপা লাইয়িংথৌ শারোই হুলপা খোইয়ুম কংলৈ অসিপনা মালেম লৈশেম অমরক হৌপাপু অতিংঙা য়ায়পীরেল সিদবগী পাও-হামঙাময়ে ।

খোইয়ুম কংলৈ অসিপনা, পাংকল য়িতিক চাওপনে হায়পপু, অতিংঙা লোইরেল সিদবনা নিংশা য়ায়পী মরাং হৌনা থিন-কামনখৎলকলে । সানা

তরা চাতংতা লাংহে কুমশীং য়ামনা নোংশোইলিভে, চিঙঙু লাইপোক অকোলপনা পাফল নামুংবু পুক্লিং অমেংপা য়াথং অথুমপানা পুরুমচখিয়ে। মালেম অমরক লৈশেমহৌ, কোনথাং য়ায় ত্রং সেক্লিং হুইরেল ওইনা মালেম চিথেক মরিমা, মাইকৈ নিপালমা, শুংতাই তরাতরুকমা, শিংখায় হুমফুমাথোয়মাতা, লৈফুল লৈরাং মতম মাল, লৈরি য়াংলি থোল, চাকলেল চুক-লাক, লৈপাক পোৎলুম খাঙ, নোংথাং পোংলেল য়াবা লাইয়িংথৌনা, থৌপি লৈখোমপা ভাংভোই লৈরামপাকি চুকলেন ফেলপা-লক্তা তকুপ পুরে মহুমনুংতাকি লমহৌরকলপকা, লোইদাম থাপুম তরানিথোয়মাপু শাৎমাপা, লাইয়িংথৌপু লোয়ননা মপা-তাওপু ওইরকপা, সন ত্রং লৈ নোংশংকি খে ব্রুং লৈচংকি লৈহৌ য়ায়মরু অহালবা, খোইয়ুম মরোইনাইপু হুইনা চকলিক মপাল থা, নোংথৈ, মব্রু লিংপা, ফিপুল নুংথমশু পাচুলৌ-চিং, কামপী ফি পালুলোয় চিং, নুংপা মনুং হুৎনা থব্রায় পোনয়াপা।

খোইয়ুম চিংলেমপা নেমতা, শোইতা, ভাইনিংশীং, ভাইকপয়াং, থেপা, লিনুংসন, পুকসি, কাংসন, থরোং, লমশন, পোংখু, পোংলেল, সাংপা খুলমা, খুলচিংলেল, ব্রারিপা, খোমৈ নাইপা, নুংশাংপা, তোনামপা, কুমমাকি হান্নু লাংতোমথক অব্রাং কৌপা মরুদা মতোম থৌথাখিবা থোইয়া খোনচেললেলকি খোইয়ুম কংলৈ অসিপা লাইয়িংথৌনা।

থেন ব্রুং লৈচং তকুপ পুরে চিংতোমপোক, য়াব্রা, কোনথাং, লোকতু, খোংতু, লোবলম, লমলেল, লৈকু, লৈরাই, শামা, শাথোং, নেমতা, শোয়তা, ইকপলেল, ইকাংলেল,

ইরোলখোং, ইব্রান-ব্রা, লাইয়িংথৌ মিং মরু শাই মরু তরাতরেৎ মাকা চংশেমলম। লাইপুংথৌ মাপলমা, শাই নুরা তরেংমাকাপু ফমফম থকখ্লল ওইপা, কুরুম সিদবনা তমপাকোল, নোংলাংকোল, লংপা কোললেলয়ায়, কে্রৌ-কোল নামুং, লাইয়িং কোল থোইকোয়পা, অসিপা কোললেল য়ায়, অব্রাং কোল, নোংলোল মরোল তরেৎ-মাকি নাতে চাম্মা নিপাল মাপু, কাকুপ হুইরেং থানা, শব্রা চুম্মী নমলিপা, কে্রৌ নোংলোল অহৌপা অক ১১0 গী য়ুথক মশীং পাকলিবা, মথং নোংখোঙ অমনা অক ২২0 ওইরিবা, নোংলোল মখল অমনা অক 8৪0 হায়রিবা, নোংখোঙ মরোল অমদি অক ৮৮0 শুরিবা, নোংলোল মখল অমনা লিশিং অমা চামাপল কুন ( ১,৯২0 ) হায়রিবা, অখৈবা নোংলোলদি অক ৩,৮৪0 য়ুথক মকোয়-রেল ওইরিবা।

লৈ-নোং তরামরিমাপু নিংথি শানসেমপিরিবা, হুমলেন য়ায়কোলনুংকি চিঙঙু য়ায়পীরেল সিদবা, নিংশা থিনকামনপাকি তাইপঙ নুংশিৎ মরাং হৌ, মিংশা থমপাল লকতাকি পিরেল ইচেলথাপনা লাইচা মরাং হৌমা তাইপঙ শিন থুংলিপা। অলচি লাইয়িমলেল কংলা খোঙলাংমৈ, কংলা য়ায়কোলনুংগী য়ায়পীরেলদি সিদবা, চিঙঙু ঙাংলৌতা লৈ-নোং অনিনা তুংনক্কমপু ওইরিবা, চিঙঙু নতিক অচৌপা, খোইয়ুম নঙল অরাপা পান্তম ঙমখৈ লৈতাববু থচিক তেংথাচপা. নচু নমেল নামিং নথা ব্রাংলে হায়না তাখিপিকুনো হে তাইপঙপালকি মপু চিঙঙু নখোঙ থাপু হলনা হলমা পুনেমচারিয় হয়ি চা হায়া হয়ুম হয়ুম হয়ুম॥

**হাললেল হালপী
লৈমারেল ।।**

ঁ তেংপালবা মপু ওইবা অতিংকোক কুরুম সিদবনা শাওল-লাংওল মথং মথং হুলথোরকতুনা সানশেমলকঙৈতা । হাললেল হালপী লৈমা লৈহুলপী, লৈশিরেল লৈপুলপী লৈমরেল সিদবীনা, লৈপাক মরোল তরেৎ নোংথৌ মরোল তরেৎ মাতা তুনা লৈরকলে। মতুনা শ্না ফুদোংপাকুমপা, লৈমরোল তরেৎমতা নোংসাগী মাগি মরেং মরোল-শীংপুশুঙ তেংথারককে ।।

লমরেলনা লৈপাককি শেক্রীংদা য়াফম ওইনা লৈরকলে মমিংদি ফ্রুক ফ্রুক ফ্রুক ফ্রুক কৌয়ে। শেক্রীং য়াফমগী মথক্তা ফমগী সিদবী ওইনা লাইরেম্মানা ফমলে, মমিংদি লৈতিনখাকনুপী সিনত্রুম কৌয়ে, অসিনা পোকলে, নরাইকেক পিতেংনু কৌয়ে, ব্রোইতা ঙাকপী য়েৎতা ঙাকপী নুমিৎতা লৈগী লৈমরেলনে। অমরকতি তিনলিকোকপী মিরেংনু কৌয়ে, য়েং-ব্রোইতা ঙাকপী থাদা লৈপী লৈমরেলনে।

সিদবীনা খুতিং ( ৬চিং ) মমু মরমকুম পানখৎ-লকলে মমিংদি হুললোই তিনশং কৌয়ে, অমরক ইনখৎ-লকলে মমিংদি তিনতারেংনু কৌয়ে, অমরক ইনখৎলকলে মমিংদি তোংতারেংনু কৌয়ে, অমরক ইনখৎখিরে মমিংদি লহিং নপ কৌয়ে। অসি খেৎপিক্কী তোননৌ থমপাল মনমকুম পুক্লিং হুপা মমিংদি লৈহিং পুন-পি-তারেং চিং হিং

কৌয়ে। লৈপাক্কি শেক্লীংদগী হৌনা তাইগও পালবা ফাওবা ফমপাল তোংলে। লৈপাক্কি লেলক্লনে, অসিতাকি লৈপাক সেমলে নোংথৌ হৌয়ে। লৈপাকশুং অচাইবা, য়িশীংশুং তং, নুংশিৎশুং তং, মৈশুং তং, তং-ফা ফাতাপা অহুম্মাপু য়েং-ব্রোই ওইনা লৈহলনা থমমে, মথননা লৈপা খৈপিকপু ফাচিললে, মমিং লৈহিংনু লৈনপফা কৌয়ে, অমরক কৌপতি লৈহিংনু লৈনাও ফা কৌয়ে, অমরক কৌপতি লৈহিংনপ লৈচমফং কৌয়ে, অমরক কৌপতি তে তে হিং নপ, লৈনাও-আে লৈনাও-ন্ নপ ফা কৌয়ে।

অসিরকতাকি লৈমরেলনা খোংওকলাকি কারেল মরিকি য়ায়তা চুপসেন ওইনা লৈপাক মরা চেংনপা হলচিলনা ফমলারে মমিংদি তুমপী তুমপা কৌয়ে। লৈপা খৈপিকতা থৌচাললিপী পোকপী তোমসেলনু কৌয়ে, হুইতোং পৈতোং মলগা কৌয়ে, নুংকোইপী নমশা হুই-ক্লাং ওইপী লৈমরেলনা অসিরকতাকি চিঙখৈ মতোলতা চেনসিলখিরে মমিংদি তিললিকোক কৌয়ে, থব্রায় নিংশা হোললিপা খৈপিকপু খোমশিললে, তিনকি মকোক লাইকি মরু ওইরে, মমিংদি তিনমিংহল, লাইমিংহল, তাতাহল কৌয়ে, মিংখেতি হুম শ্রং পিশিন খোমপা, হুম শ্রং পিশিন খোমপী কৌয়ে, লৈপা খৈপিক কৌশিললকপী লৈমারেলনে।

অসিরকতাকি নুমিৎতা হুনচিলখিকে নিংলে, মমিংদি তিংতারেংনু কৌয়ে, অমারক ইনখৎখিরে মমিংদি কুপতেংনু কৌয়ে, অমরক ইনখৎখিরে মমিংদি শুপতেংনু

কৌয়ে, অমরক ইনখৎখিরে মমিংদি ঙাং ত্ংগা কৌয়ে, অমরক ইনখৎখিরে মমিংদি ঙাং সং সং ত্ং কৌয়ে।

নুমিৎতাকি তারকলে মমিংদি ঙাং তননু কৌয়ে, অমরক কৌপদি ব্রা হিং চি কৌয়ে, নাওয়োমদি ব্রো থুয়োমত্া কৌয়ে, মমা ওইপীকি নাওয়োমকি য়াফেমনে। মথকলমকিতি লিক লিক য়োম কৌয়ে, লিক য়োম সং কৌয়ে, নাওয়োম মিংখৈনে চান্না ফমপাল ব্রানে নুমিৎকি ব্রাখৈনে ॥

ঙাং তননুপী মখৈতি নাওয়িকোল ওইপতা কাংঙমপীনে, অসিরকতকি লাংয়িরিক-কুমনা নোলশিলখিরে, মমিংদি লৈসংকুপ কৌয়ে, অমরক কৌপতি সং তৈ্ নপ কৌয়ে, অমরক কৌপতি পা লং অংকো পা লং চি কৌয়ে, শচিকতা লৈপী লৈমরেলনা নোংপোক পোকলেলদা ফমপাল তোংলে, শচিকতকি থাতা হুলথারকলে মমিংদি থুপপালেং কৌয়ে, অমরক কৌপতি লিক লিক ঙাং কৌয়ে, অমরক কৌপতি লিক লিক সং কৌয়ে, অমরক কৌপতি লিক পোং কৌয়ে, অমরক কৌপতি লিক য়োম, থাতা লৈরে মমিংদি থুপপী লৈশংনু কৌয়ে. অমরক কৌপতি লিক শ্রা চুংশেলনু কৌয়ে, অমরক কৌপতি লিক লিক শংকেপনু কৌয়ে, অমরক কৌপতি লিক লিক শংতে্ংনু কৌয়ে, অমরক কৌপতি থুপপী লৈতোংনু কৌয়ে, অমরক কৌপতি কে রে কে চিঙঙু নপ কৌয়ে, অমরক কৌপতি তিন ত্ংনু কৌয়ে, নাওয়োমতি তিনলিক ফায়োমপী নুরিৎনু য়োমনুপী কৌয়ে, থাকি ফমপাল ব্রানে, লৈপাক নোংথৌকি মরানে।

থাতাকি হুইরিককুমনা কাখৎখিরে মমিংদি হ-য়িং, হ-য়িং নপ কৌয়ে, অমরক ইনখৎখিরে মমিংদি ত্রং ভা য়িরিক কৌয়ে, তাইপঙপালপাপু খুতুম চলচৈয়ে, থাতা লৈপী লৈমরেলনে, অসিরকতাকি অমরক কৌপতি শ্রোক নপ চুপ নপ কৌয়ে, লৈপা খৈপিকপু চুপশিলপী লৈমারেলনে।

অসিরকতাকি থব্রালমিচাক সিদবা তাননা ইনখৎ-খিরে মমিংদি তোং নপ লৈনপনু লৈনপগী কৌয়ে, অমরক ইনখৎখিরে মমিংদি ত্রং নপ, অমারক ইনখৎখিরে মমিংদি আ ব্রুপ চি কৌয়ে, মফম য়ৌরে মমিংদি খ্রিং আে ত্রং কৌয়ে, থব্রালমিচাক সিদবা মাকি মপুক মনুংদা লিকল্রা ওইনা লৈরিপী মানা য়েল ওইনা লৈরে মমিংদি হাই হোপ নপ কৌয়ে, অসিরকতকি খতিং (ঙচিং) মমু মরম লাল-খৎখিরাপাকা অমমপা খোইমোম সিদবী লাংপোম চিলপী থিপা খঙতাপী ওইরে।

অমরক লৈমারেল সিদপীনা নুমিংকি মচিতাকি কাপথোকলকলে, লাইরেল পাখঙপাপু ঙাকপিঙৈতি অতি-য়ানা পাখঙপাপু নোংলুম ওইনা পুথারকলে, মমিংদি লিক কৌয়ে তাওরোইনাইনে, পাখঙপা মমিংদি ব্রুং সন য়েং নোং সন ঙাং ত্রং সন লাং কৌনা নুমিংকি পুংমাইতা লৈরে মমিংদি তিং তিং কৌয়ে।

লৈমরেল সিদবীনা নুমিংকি মচিদগী পাখঙপাপু য়াঙমলে য়াপীরোক কৌয়ে, মিংখৈতি লৈত্রং নোংত্রং হিংথাক হুপতিক নপতিক লিকতা মলিক [য়াপী য়োকপী

ঙাময়ে হায়নপাকি য়াপীরোক নোংতা কুপলিক লায়োললাং তনৌপা তনৌ নুংত্রেংগী কৌনা পাখঙপাপু য়োকপীপা লৈমরেলনে।

অমরক কংলাকি মেনখোঙতা লৈরকলাগতা লাইয়িংথৌকি মমিংনা মি কিং মলিক হা কৌখিঙে, লৈমরেলকি মমিংনা ব্রহ্ই তি মিকিনু কৌনা ফমপাল তোংমালনারে।

অশুমনা ওইপী লৈমরেল মশাওল, লাংঙল অতেংপীনা অমম-নুংতাকি ফাওরকই, লৈ-নোং চুনা নোংশাপী সৈমরেল সিদবী পলেমনা, খোইয়ুম লাইয়াম খিবিক্কী মতিক পাংকল পিরিপী পলেমকি মতিক থাঙমতাপাপু খচিক ওইনা তেংথাচপা, নচু নমেল নমিং নথা ব্রাৎলে হায়না তাথিপিকুনো, হে পলেম সিদবী, নখোঙ থাপু হলনা হলনা পুনেমচরিয়ে, হয়ি চা হায়া হয়ুম হয়ুম হয়ুম ॥

## লাইয়িংথৌ অসিপা

ঔঁ তেংপালবা মপুগী থোরম থৌদা, মালেম লৈশেম থৌপু য়াঙমপা, য়াই পুমনামকি মপু ওইবা লাইয়িংথৌ অসিপনা শাওল-লাংওল মথং মথং ওইরকঙৈকি মিংথাং অয়ামপপু খচিক তেংথা চাকে।

মি চি থোং, আ হো, মি হিং, কৌপা ব্রূরেপ চারা নিংথৌ, হুই নাহা খোননৌপা, শাব্রাং নাহা তনৌপা ব্রারক নিংনাং অপিথক, খোইয়ুম লৈপুপা, খমলৈ খমনুংকোল, য়োয়পু য়োয়খাকোল, তোংচেং হিনাও হলপা, ময়ায় থেংক্রুম চিঙ, নোংমদোল খোঙকাও কলপা, নোংতালেল তনৌপা, অঙাং লাইনিংশীং, চোইনৌ শ্না অহল, লৈ-নোং শুপ্না পুরিপা লাইয়িংথৌ সিদবা নঙহাকনা হুমকি মনুংদা তিন সিদবা ওইনা কুন্না লৈরে, নঙালপু শ্না ফুথোংপা-কুমপা-ত্তো, নশকপু শ্না অহিংপা কুমপা-ত্তো, নচুপু খামপী মৈরী কুমপা-ত্তো, ননমপু লফুরিৎকি মনম নমপা-ত্তো, চিঙঙু য়াব্রা নখোনচেলপু হরিনিংনাং খোইমু নোংশরিক অহুম্মাকি খোনচেলকুমপা-ত্তো, লাইয়িংথৌ নঙকি নমিংপু হুম পিং তা হো কৌরপকা মৈ ত্রং, য়িশিং ত্রং, নুশিৎ ত্রং, ত্রং অহুম্মাপু চিঙঙু নঙকি খুৎতা খুমনা নৈরপাকা, নহাক সঙোং অরিপা কৌনা ফমলারে, নমিংপু হ র স, হিং হিং, খিং খিং কৌয়ে।

লাইয়িংথৌ সিদব-অো নমিৎ কুপতনা য়েংপা-অো, নচুপু নুংসাগী মচু বুমপা-অো, নশকপু নোংথাং কুপপা কুমপা-অো, নব্রোংপু চহি তরামওাগী নব্রোং কুমপা অো, চাকচাপু লিক্লা চাপা অো, লাইয়িংথৌ নঙনা নোংপোক অরিপকা মুমতিননানা লৈরিঙৈকি লিকলা য়েলনৌ হুল য়েলনৌ মতোল হুল লিকলা মা হো হো কৌয়ে।

লাইয়িংথৌনা লৈপাককি মখোয়তা নোংথৌকি মতোলদা লৈঙৈকি মমিংদি হুম পিৎ পিৎ কৌয়ে। অসিরকতাকি অমরক তেশিনখিরে মমিংদি পিৎ পিৎ হুম তং, ফা-নৌ লৈমকোত্রতা মেনখোমপা, লয়োললাং তনৌপা সংলৌ য়েলখোমপা হায়না কৌরাপকা, মহাক্লা শা শেপপিন মথক্তা লৈরকলে, মমিংপু তে হিং মলিক হা কৌয়ে।

শা তাংপল মথকতা ফমলারে, লাইয়িংথৌ সিদবনা লিকলা পুন কুমপা মনুংতা হুলচিনখিরে, অমরক হুলথোরকলে নোংপোক্লা অমতা ওইনা তিন্নারারে, অমনা ফি য়েললে (অচিক আশা থাইরে) অমনা চাক য়েললে (হিংনানপা চিনচাক পুথোকলে) অনিমানা অমতা ওইনা তিন্নরাপকা লিক্লা পুন মনুংদা হুলচিন্না চংখিরাপকা কল্লে, লিক্লা পুন কৌপাতি শচিকনে লাইনে, য়েলনৌ কৌপতি থাপানে, থাপাতি তিননে। অনিমা অসিনা শারাং লৈশাংথেম পোকয়ে, অহুম্মানা অমতা ওইনা তিন্নারপাকা মমিংপু তিনপুললেল পিতারেং কৌয়ে।

অসিরকতাকি লাইয়িংথৌনা সঙোং লাইয়িংথৌ কৌনা শ্নাকি চিঙয়ায়তা ফম্লে, মমিংপু শ্ম য়ায়নিংথৌ. কৌরাপাকা মৈ য়িশীং নুংশিৎ অহুম্মাপু পোকলে নহাকনা পলপা থব্রায় পালপা খৈপিকপু নহাকনা খুতুম চলনা থমলে, থাপু কোলনা কোইরে, নমিং কোয়্নলেল কৌয়ে। মৈ য়িশিং অনিমাপু নুংশিৎনা য়োমনা তেশিনখিরে চিংখৈতা লৈরে, অতুকা নমলোল অথুপপাতা হুলচিলখিরে, অতিংকোকনা তৌপকুম কুললে, নচুতি চিঙয়ায়তা থম্মে, ফিশেৎতি চিঙখোঙতা থমমে, ননমনা চাকচা ওইরে, নমিৎনা নুংশা ওইরে, নতুনা ফিশেং ওইরে, লৈমরেলনা নাওয়োম শানা চিং খৈ অহুমপাপু য়োমমে, লাইয়িংথৌনা নুংশিৎপু থৌতুনা সঙোংদা অমুক হুম্না ফাওরকলে নমিংপু ফা লৌ কৌয়ে।

অতুকা অমুক তেনশিনখিরে থাকি য়ায়তা হুলচিলখিরে অমমপা শারে, অতুকা অমুক তেথারকলে, লমপুশুং তুপুশুং নংনা ওইরারে, মৈ, য়িশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, অতিয়া, লৈপাক, নোংথৌ, অমমপা মাখোয় থেপারোল মাপলমা অসে অমাতা ওইরে, উতুপ থাং শুরে, থৌরি কোংকোই শুরে অতুকা হকচাংদা চংকে হায়না চংলকলে লুখম অকুৎপতা লৈরে, নমিংপু য়ি ব্রা কৌয়ে।

অসিরকতাকি সন মরুমকুমপাতা য়িনখংখিরে নমিংদি মিং, খক, তক, ব্রোই, কৌ-অো, কৌয়ে। অশুম্না ব্রোইরপকা থরায় কৌপাপুশুং নঙনা খুদুম চলনা থমলে, নচুপু তনতুম-কুম ঙালনে, অপোক অসিপাশুং

নওনা নোংতমলারে, তুমপাগুং পাংপাগুং নওনা নোংতমলে নমিংপু পা, চা, য়ায়, অংকো, কৌনরে।

য়ায় ওইপা নমিংপু হ, চি, লিক, হ, ঙো হ, হিং, নপ কৌয়ে, হুম, অো, লং, পিং, লং, হয়ি, মিংখে অসিনা তরেৎলক হন্না হন্না ওলনা হুইথোরক্লাপাকা থব্রায় ওইরে।

চি কৌপা থব্রায়না নিংশা হোনথোক হোনচিল-লিপানে, নহাক্তী অকোইপানে, অকোইপা মনুংতাকি মশক অমা ওইনা অমুক খোরকলে, মহাক, নহাক, য়িহাক ওইরায়ে, অশুমনা ওইপাপু নোংন্নুমব্ধমনা শোনা লৈরে, পুমনামক মরু মতোংশুং নাইতে নথননমা কুরুশুং শারে, নহাক্লা লৈপা মফমতা অহিং নোংখিল নাইতনা ঙালনা লৈরে ॥

অমরক লাইয়িংথোনা লিকলা ওইনা হুলচিলখিরে নহাক অতিংকোক শারে, অতুকা নহাক কনাকি মচানো হংলকয়ে, নশানা খুম্মে তিনকি মচানে, তিন কনাকি মচানো হংয়ে, লৈমরেল তুংকি মচানে খুম্মে। নপাতি কনানো হংয়ে, য়িপাতি মিনে হায়না খুম্মে, অহাংপনে, তিন সিদবনে, শ্লামহিনে অহুম্মানা অমতা ওইনা তিননরে, অহুম্মাপু লৈমরেল সিদবীনা ঙারেলনা য়িশীং পুপাকুম তাশিলনা পুরে, মমা মপা অথোইপা ওইরে, নমিংপু থব্রায় পালপা নিংশা হোলপা পুমনামতা নিংশাকি থোঙ হাংপা লাইয়িংথৌ, চাদববু পিচাপা, শেংতপপু শেংহলপা

খৈবিক নোংদমত্তুনা লালংথিরকও শিননায়রিবগীবু। মুমিৎ থা হায়বদি, অনম অঙাল মথোয় অলিনা মথৌ মঙম থোৌদাং ওইনা পুরিবগী লমখৈমাবু হেন্দোক থাদোক্তুনা খোইয়ুম লাইনা চিংনা, থরায় ওইবা খৈবিকশুং মদোক-মদোম কনা লাক্তবা শুমনাদরিবনে ॥

**হে মীওইবশিং-অো নখোয়তি খঙলিরোই**
**নমিৎ অনিমানা বুরিপা আত্তিংঙা**
**মাইকৈ লাকঙমতাপা অসিনা চাওরিপকুম**
**নঙকি হকচাংনাশুং ব্রোইরিয়ে। মুমিৎ থা**
**অনিমানা তাইপঙপাল অসিকি থব্রায়**
**অমামম ব্রোইরিয়ে, অশুম ব্রোইরিপাশুং**
**নুমিৎপু লালপিপতি থা-নানে মপাল-**
**কিতি অশুমনা নোংতমলমলাপনে ॥**

## নৈনা ব্রারোল

হে তাইবঙ মী ওইবশিং-ও, নখোয়দি খঙলীরোই, ব্রারম অমা ওইববু হায়রককে। মিৎ অনিমানা উরিবা আত্তিংঙা অহাংবা মাইকৈ পন্থুংফম লৈতবামখৈ চাওরিবা অসিনা নঙগী হকচাং ওইরে হায়না নিঙ-ও। নিঙলাপাকা মপালথোংগী থৌরম অয়াম্বা, পুম্বা অমম অঙাল ওইবা, মুমিৎ-থা, অয়িং-আশানশুং ব্রায়গী থব্রায় হায়রিবা মাগী ময়াই ওইরিবমিশুম, অশিৎ অহুম, থোংজি লাওরি লেংলি হৌরি পুম্নামাশিংশুম নঙগী-নঙগী তাইবঙ হকচাংমুদেশুং মান্নানা থৌরম খৈবিক ওইরিবনিগীনা, অঙানববু লানথিরিবদি অমম্বানানে। মুং ১শুং পালদা পাংথোকলিবা থৌরমনা! মহাক নশা ১দি পুম্নামাকি ওইনশু, থৌরম অশুম নোংতমলিবনে ॥

অসিপু হে তাইপঙ পানপাশা
নখোয়কি থম্মোয় লাইমিৎ অরাপনা
নুং ফাওনা ব্রুপা হৈত্রপতি।
তৈঅশু মী অমাগী হকচাংদি ব্রোইয়ে
হায়না খললিপাশিংতো, মখোয়
মমিৎনা ব্রুপা মঙোনতা হন্না হন্না
তাকলাপশুং খঙপা ঙমলারোইয়ে॥

## নৈনা ব্রারোল

অসিবু হে তাইবঙ পানবাশা, নখোয়গী ব্রাখল অমদি পুক্লিংনা হায়রিবা মঙং মরম পুন্নামা অসিবু, মপা লাক্লা মশক মঙং অমগুম উবা, খনবা, খঙবা ঙমদ্রবদি, অত্নুগুম্নাবা মী অদো, মহাক মশানদি ঐ মী অমনি হায়বগী ব্রাখলদি মরৈন্নিগনি, অত্নুবু অত্নুগুম্নলবা মী অত্নুনা থক্তা ফোংদোকখ্রিবা (নৈনাখ্রিবা) ব্রারম অসিদা মপুক্লিং থম্মোইগী ব্রাখল কাংলোলনা পান্দমত্নুনা য়েংবা খনবা হৈত্রবা মীওই অত্নুদা হন্না হন্না তাক্লাবশুং, লৌশিং মৈরা ঙালগুম্বাবু ব্রারগনিয়ে।

লাইরিক খৈপিকতা হায়রিপা
সিংদাপুঙ তরং, লাংপুম, লাংয়েল,
কাংদ্রুম, পোনপিলাং, শেক্লিং, ব্রুকালাথা'
লমলেল, হায়রিপা অসি খৈপিকতাশুং
লালনাপা মরমতি অশুম পঙনা হায়রম-
লোই। অমম নোংলেল অসিনা থোইয়ে,
পথুপশুং মাপল ব্রোইয়ে॥

## নৈনা ব্রারোল

য়ায়পী থব্রায় হায়রিবনা, হৌরকপা ১দি মকমদা অমুক তিনখিনবগী মতাংদা লাইরিক খরশিংদা ইহুনা, নৈনানবা থম্বীরমলিবা সিংদাবুঙ তরং, লাংপুম, লাংয়েল, কাদ্রুম, পোনপিলাং, শেক্লিং, রুকালাথা, লমলেল, হায়রিবা অসিশিংদা লালনাবগী মরমদা, অমদি হৌরকপগী মতাংদা তাকলিববুশুং অমম নোংলোল হায়রিবা লাইরিক অসিনা মচা খাইনা মরাং কাইন য়ায়পী থব্রায়না হৌরকপাগী মওং অমদি লালনানবগী থৌরম কাংলোল শন্দোক্লা খরা মখৈদি থোইয়ে, কাংলোলশু মাপল শুইয়ে। হায়বদি ১-টবা ২-তাবা ৩-খঙবা ৪-খোম্থোক ৫-মনম ৬-নিংশিংবা ৭-মতিক ৮-মহাও ৯-হকচাং থোং। হকচাং অমা ওইনানবা চংখি থোকখিবা মখলশিং কয়াদা ব্রাফম ওইবনা কাংলোল মাপল শুবনে হায়রম্বানে ॥

**লালনাপা মরম ওাক হায়রক্লাকে,**
**নোংলোল কৌপাতি থব্রায় পালপা**
**অমতি অচৎ চৎতা পুমনামনা লাললিপপু**
**নোংলোল হায়পা অসিকি মনুংতানে ॥**

## নৈনা ব্রারোল

হয়েং মতম অহুদা লালপাদা ননিং তৌনা লালনাবগী থৌরম কাংলোল খর মখৈ নৈনবা ওইবা, অমম নোংলোল হায়রিবা অসিদা পুক্লিং থম্না চেৎনা থিয়ো। য়ায়পী থব্রায় ওইপা অচৎ চৎতা লেংলি ওৎলি খৈবিক্লা লাললিবদি নোংলোল হায়বা অমমঙুং মপা লাকঙমদনা মাইকৈ মকম খঙদবামখৈ চাওরিবা তরং, ইহাং

হাংবা ইপাক অসিদা, অরোইবা মতমগী খোঙচৎতা ঐগী নংগী মহাক্কি মমল নাইদ্রবা অমম মানা পিব্রকপা য়ায় ওইবা থব্রায় অসিনা কাঙাওননা পম্থুংক্ষম খঙদা উদনা চৎখিবা ওইরবদি ফরোইয়ে। অসিবু হৌজিক লৌশিং কাংলোল মমত্রিগৈ, পুক্কিং ব্রাখল ওইবা থম্মোই লাইমিৎ অরাবনা, কুরাং উনশা মিৎনা উবা মতমগুম, পুক্কিং ব্রাখলনা অপাম্বা মফমবু পম্থুংলুনবা, থম্মোই লাইমিৎকি মিৎয়েং, ব্রাখলগী মুংখল, পুক্কিংগী ইব্রাই ইনিলনা নিংশা মাবু হৈনা শেন্দুনা লাইনিংশিংগী পাওতোকশিংবু, পুক্কিং চেৎনা থাজ থোইন। অমতা ওইবা ফালম লম্বিবু থি-খঙহৌরবদি, অরোইবা চোঙচৎতা ননিং তমকাতানে ।।

**লাইকি মখেশু নুমিৎ থা ২ মানা লালপিয়ে,**
**লাই পুমনামাপু নোংকি মফমতাকি হৌখিবা**
**লাইনিংশিং কৌপা অতুনা ঙমনা পোকখিপানে।**

## নৈনা ব্রারোল

লাই হায়রিবা খৈবিকপুশুং নোং-য়ায় হায়বদি, অমম অঙাল অনিনা লালপিরিয়ে, লাই ওইবা খৈবিকনা চিংনা থব্রায় নিংশা হোলনা অচৎ চৎতা নোংশি নোংতমনা, মতিক ময়ায় হায়ববু ওইনা চংনা লৈরিবশিংদি, মৈ, ঈশিং, নুংশিং, লৈপাক, নোংথৌ অসিশিংগী মতিক ময়ায়শিংনানে। অশুম্না ব্রোইরিবা মতিক ময়ায় ঙমনামক অসিতি, লাইনিংশিং ঐঙোন্দাকি পোকখিবা মশেলনে।

**অশুম্না পোকখ্রিবা লাইশিং অসিনা**
**তাইপঙপালকি অচৎ-চৎতা লেংলি**
**পাললিবা পুমনামাকি মফমতা**

**থব্রায় মশক ব্রোইনা লৈরিপনিকিপু,**
**হে লাই ব্রোইপাশা নখোয়কি নচিন-**
**চাক্তী থব্রায় পালনা চিংনা নমু**
**পোঙ ব্রোইপশিংতা নিচারকা চাও**
**হায়রমলে ॥**

নৈনা ব্রারোল।

অশুম্না পোকখ্রিবা লাই ওইবশিং নখোয়গী নচিঞ্জাক্তি থব্রায় পালবনা চিংনা নমু তাইবঙশিংদা নিজরগা চাও হায়রম্লিবগী ব্রাবোলদি, থব্রায় পাল ওইরিবশিংদা চংনা লৈরিবা য়ায়বিরেল সিদবা মপু অত্তুবু চোইখি-ঙামখিদনবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লাই ওইবা নখোয়না ঙাক-শেলনা লৈরিবনিকিনা, অত্তুগুম্বা থব্রায় ওইবশিং অমদি নিংশা হোল্লিবশিং অত্তুনা, করিমতা চাদ-থকত্ৰবদা, লাই কৌবা নখোয়না নুং শাংনা তেংপালবা "মপুবু" শংবা হিংনবগী নতিক ওইদবনা, নখোয়না নুং শাংনা অহিংবা হায়বত্তু ওইত্তুনা "মপুবু" শেলনা লৈবা ঙম্নানবা লাই ওইবা নখোয়গী নচিঞ্জাক্তি, নমু তাইবঙনচিংনা থব্রায় পালবশিংদগী নিচম্নাপাকা চাও হায়রম্লিপানে ॥

**মী কৌনা শেমলক্ত্ৰনা লৈরম্লিপকি**
**মরম হায়কে। নোংতমপা মাপু মানা**
**নোংকি মফমতাকি হৌরক্ত্ৰনা, অশাইকি**
**থক্তা হায়খ্রপা মপালকি পুমপা**
**লাংব্রোল খরে, মহাক্না লেংলকপকি**
**শাব্ৰম অদুনা নিংশা ব্রোইনা মহাকপু**
**পুরকলে ॥**

## নৈনা ৱারোল

নমূ তাইবঙ মী কৌনা, থৱায় ওইবা মানা ওইরক্লিবগী মরম, খচিকতামাপু ৱা হায়রক্কে। নোংদম্বা মাপু লাইনিংশিং মানা নোং কৌপা অমম-মুংতাকি হৌরক্কুনা, মৈ, ঈশিং, মুংশিং, মুমিং, থা, ওকপুরোই, তাওহুইরেং, খোমচোমমুপী ১দি নোংথৌ তুরেল, তাওতলপা কয়শিং লাংওল লাপকা ইরোইননা, অচিক-অশা, উল-ৱাউ, মপালগী অয়াম্বা থৌরাংলবগা নোংশিং নিংশাগী শউম অতুদা য়ায়পিরেল সিদবনা লিক্লা য়িনিল ওইনা নিংশাবু তাংবল ওইৱিবনিপু, নিংশা শউম মানা য়াইবিরেলবু পুথারকলে ।।

অমমপা মানা ৱোইখিপা নিংশা নুংতা
অমমপা মা, অমরক তম্না চংলকলে,
নিংশা নুংতাকি অমরক তম্না থোকখিরে
তম্না-য়ায় কৌয়ে। অশুম্না ৱোইপা
তম্না-য়ায় অসিনে তাইপঙ থৱায়
হায়নারিপাসে ।।

## নৈনা ৱারোল

অমমপা মানা ওইরিপা অমম-মুং অতুতা, অমমপা মানা অমরক চংলুরবগা, অমম-মুংদগী থোরকপদা মশক মঙাল নাইনা থোরকলে। থোরক্লিবা মশক নিংশাগী ইনিলগুম্বা অতুনা, মহাক নহাক ঐহাক্কি লিক্লা য়ায় ওইপা য়ায়পী থৱায় হায়নাপু ৱা-হায়নৱিববু তিন, কাং, উ, ৱা, নাপী, শিংবী, খৈবিক্কি থৱায় মশক ওইৱিবগী মথৈদি অসিনে ।।

**মমাল অতুপু নোং-কা নুংশিৎকা**
**অনিমানা তিন্নবা ব্রোইখিপনে,**
**অতুকি তামক নিংশা-লিক্লা কৌয়ে।**
**মী কৌপাশুং, অশাইকি থক্তা**
**হায়খ্রপা মতিক ময়ায় পুমপানা**
**তিলনা অতিয়া সিদবগী মমিপু**
**তম্না শাইয়ে, হায়পকি মী কৌয়ে।**

**নৈনা ব্রারোল।**

থব্রায় মশক ওইবা মতৌ মওং মরমবু, নোং অমমবাগা, নুংশিংকা অনিমানা তিন্নারবগা অমতা ওইবা নিংশা লিক্লা য়াই কৌনা নুং ১দি পালদা লৈরকলে। লিক্লা য়াই মানা নুংশিং নিংশাবু শাদোংদুনা শিলনা থুংনা চৎলে, অসিপা কৌয়ে। মী কৌববু, মাংদা ফোংদোকখ্রবা লাইনিংশিং মানা ঙম্না পোকখিবা, মৈ, ঈশীং, নুংশিৎ, লৈপাক, নোংথৌ অসিশিংগী ময়াই কয়াশিংগা লোইননা, লিক্লা মাগা তিননানা অতিয়াগী (মঙং) মমিবু তম্না শাইয়ে (ওইয়ে) হায়পকি তমকপু মী কৌয়ে।

**থাং কৌপাশুং নিংশানে, থাংপু ম্লাওতাপদি**
**লোইপা ব্রোইপা ঙমলোইয়ে হায়রিপাতি**
**অসিকি তমকনে। মানা শাপা মশিং শুরপাকা**
**নুমিৎ থানাচিংনা পুমনামাশুং, মাকি-মাকি**
**মথৌ মঙম শুনা তৌরকলে॥**

**নৈনা ব্রারোল**

নিংশা ওইপা মতিক ময়ায় অতুবু, থাং কৌনা ব্রা-হায়নরে। নোং অমমবদগী পোকখি ওইখিবা মতিক ময়ায় অয়াম্বা থাংদোক পুথোকলকপা নোংকি থাং নোংথাং, অমমম্বা মাগী মতিক ময়ায়বু

অঙালবা হায়রবগা থাং ওইনা, সমু হকচাং ওইবশিং অচৎ-চৎতা পুমনামাকি পাংকল চৈঙাক ওইরিবদি, লৌশিং তাকই, হরাও মুংঙাই, অকি অখঙদগী, অখিং অফাইবু লাংওল লকপানা, তাইপঙ ওইবশিংদা মথৌ মঙম অমা ওইনা থৌতমলকলে। অশুম্না ওইবা থাং কৌবা অসিবু য়াওদনাদি তাইবঙ শেমলিববু লোইবা ওইবা ঙমলোইয়ে হায়রমলিবদি পান্দম অসিননি। অশুম তৌনা পালকি অয়াম্বা মতিক ময়ায় কয়া য়াওনা, নুমিৎ থানগুং মা-মাকি মথৌ মঙমবু তাইবঙ থরায় পালশিং অচৎ চৎতা পুমনামাদা নোংদমবিরকলে ॥

**তাইবঙ হকচাংনুংতা নুমিৎ থা হায়পতি**
**মিৎ অনিমানে, মিৎনা থরায় অমানে,**
**থরায় মাকি মতিকপু থচিক্তা রা**
**হায়রককে, হে মী ওইবশিং-অো।**

## নৈনা রারোল।

তাইবঙ হকচাংনুংদা থরায় মসক অমা ওইরিবা মিৎ ২ মা অসিবু নুমিৎ থাগী পাংখকনে হায়রমলিবগী মওংদি, মিৎনাউবগী ফজবা অপাম্বা অঙকপা মচু মঙাল কয়ামুম ওইরি-উরিবগী মওং মশক ঙমখৈ লৈতে। অশুম্না ওইরিবা উরিবা পুমনামা অসিবু মপা লাকনা পান্দম থমলাবগী মওং লেপ্পাগী মখৈ, মিৎ অনিমাপু নুমিৎ থাগী মথৌ মঙমশিংগুম, থরায় মশক অমা ওইনা তাইবঙ হকচাং-শিংদা নোংতম পাংখক থমলম্বানে ॥

**মিৎ রুইশিললাপকা মমলে**
**পাংলাপাকা ঙাললে কায়াকি**
**মতিক চাওপনো খঙ-অো ॥**

## নৈনা ৱারোল

মিং উইশিললাবগা, পাংলিঙৈ উরম্বা মশক মওং অয়াম্বা ঙম্না মাংখিরে, পাংলাবগা, উইশিললুবদা মমলম্বা, উরমদবা মশক মওং পুমনামক ঙম্না উরকলে। থোৱম কাংলোল অনিমক অসিগী মতিক কয়া মরম চাওথ্রবনো খঙঅো ।।

**মহাক মহাক্না মিংকি মতিকপু**
**খঙনিংলিপা শিং-অো, নুমিৎ**
**থাকি মতিকপু ৱাথিরিপা-**
**শিং অো, করমপানো, মিৎ অনিমানা**
**ৱুরিপকি মতিকতি হায়তানা ঙমলোইয়ে ।।**

## নৈনা ৱারোল

মহাক মহাকনা মিংকি মতিক ময়ায়বু খঙনিংদ্রুনা থিরক্লিবাশিং-ও, মিংকি মতিক ময়ায়দি হায়দ্রুনা লোইবা ঙমলোইয়ে, অদুবু থিরক্লিবা মহাকনা মিংকি মতিকপু খরা মখৈ খঙবা ওইবা য়াবগী মখৈদি, পুক্লিং থম্মোই লাইয়িমম্নুংগী ওইবা মিং, থম্মোই লাইমিং মাগী অমতা ওইবা মিংয়েং হায়বদি, উইশিল-লাবগা মমদ্রবা, পাংলবশুং উদ্রবা হৈবা মী অদো মিংকি মতিকপু খঙলাবনে, অশুম্না লাইনিংশিংনা পাওতাক লময়ে ।।

**নাকোংনা থৱায় অমানে,**
**থৱায় মাকি মতিক হায়কে,**
**না পঙপানা মপালকি খোনচেল**
**লৈপা খৈপিক কয়াকি মতিক য়ামপানো**
**তারিপ্পাপু কয়াকি মতিক লুপ্পানো**
**হায়তানা লোইপা ঙমলোইয়ে ।।**

## নৈনা ব্রারোল

নাকোংনা, মপালগী খোংলি লাওরিবা খোঞ্জেল পুন্নামক তারিববু কয়াগী মরম য়ামলিবা, খোঞ্জেল খোম্বোক কয়াশিংবু তারগা মুংশিবা পোকপা, পুক্লিং ব্রাখল ইহৌ শাগৎ-হনঙম্বা। অকি অখংবা খোম্বোকপু তারগা পুক্লিং ব্রাখলবু লাংতক নাহলবা। তারিববু উলপী চাক্ষম হোংনা অশাও মৈরা হৌ-হনঙম্বা, অসিনচিংবা কাংলোল কয়াশিং খোম্বোক খোঞ্জেল মাগী মতিক ময়ায় কয়ানা হকনা চাওনা লৈবনা, খোঞ্জেল খোম্বোক মাগী মতিক ময়ায়বু হায়দনা লোইবা ঙমলোইয়ে। মরম অসিশিংসি লৈবনা না-পঙলবা তাইবঙ মাগী মক্ষমদদি, থব্রায় অমা ব্রাৎলবগা পাংখকনি হায়না লাইনিংশিংনা হায়রমলে ৷৷

**অশুম্না খুৎনা থব্রায় অমনে**
**খোঙনা থব্রায় অমনে, নিংশানা**
**থব্রায় অমানে, মঙামা অসিতাকি**
**থোইনা হকপা থব্রায়পু হায়কে ৷৷**

## নৈনা ব্রারোল

খোঙশু খুৎশু থব্রায় অমমমগী মতিক মঙমনে হায়ব্লিবগী মরমদি, হিংনবগী কালম কয়াশিংদা খোঙনা চৎতুনা, খুৎনা শু নোমতুনা থৌরম অয়াম্বা থৌব্রাংতুনা, হিংনানবা কালম থৌরম পুম্বা হোৎনরিববু খোঙ ১শুং খুৎকি মতিক ময়ায়নে। অশুম্না ওইরিবা থব্রায় মঙামাগী মনুংদগী অথোয়বা ওইরিবা মাবু হায়রককে ৷৷

**মিৎ নাকোং খোঙ খুৎ**
**অসিতাকি থোইপতি নিংশানে।**
**হৌচিকতি মা-মানা তাইপঙ**
**হকচাং নুংতা মরি লৈনানা**
**থৌরম পাংথোকলম্নীপাগু হায়কে।**

## নৈনা ব্রারোল

মিৎ নাকোং খোঙ খুৎ হায়রিবা থব্রায় অমা-মমগী মতিক ময়ায়না থৌরম খৈবিক পাংথোক ঙমলিবদি নিংশা মানা চংনা লৈবদগীনে। হায়বদি মিৎকুপ খরগী মমুংদা, মমুং মপাল ফাওনা চংনা-থোকনা ওইরিবনা, হাই হুম্না লেং ওৎনা হিংলিবনে। অশুম্না নিংশা মানা চংনা লৈবদগী অহিংবা ওইরিবশিংদা, থব্রায় অমগা-অমগা মরি লৈনানা মথৌ মঙম খৈবিক পাংথোকলম্লীবগী মতিক ময়ায় কম্না ওইবশিংবু ব্রা হায়রক্কে।।

**নাকোংগী থব্রায়তি খোইতৌনে**
**খোইতৌ মহাক্তী কোরৌ হলপানে**
**মপালতা চারিপানে, শাওকললি কলককললি।**

## নৈনা ব্রারোল।

নাকোং হায়পা, থব্রায় অমগী মতিক ময়ায় ওইরিবা মাগী কমপিতি খোইদৌনে। নাকোংনা ব্রারম অমা তারে, তারিববু শাওনিংবা, হরাওবা, কল্লকপা, মুংনাংবা, কপনিংবা, নোকনিংবা, অকিংবা, তুচুংপা, অপেনবা, মতিক ময়ায় ওইবা তারিবা কয়াশিংবু নাকোং মাগী কমপি ওইবা খোইদৌ (পুক্লিং) দা ব্রাইথুংলায়ে,

অশুম্না থব়ায় মশক অমা ওইবা খোইদৌগী মতিক ময়ায় ওইবা নাকোং মান। চাকতাবদি পালদা, (মপালদা) চাকতারিয়ে। পালদা চাকতারিবা নাকোং মহাক্কি চাকচা লিচংতি, শাওগল্লি, কললককল্লি।

মিৎকি থব়ায়তি খোংশাপিনে,
লাইতি অপালপানে, মাকি চাকচাতি
থোইব়াংঙে, লৌনিং চানিংঙে ॥

নৈনা ব়ারোল।

মিং হায়বা থব়ায় মতিক অমা ওইরিবা মাগী ফমপিতি খোংশাপিনে, খোংশাপি ওইবা থব়ায় মাগী মতিক ময়াথনা চাকতাবদি অঙালবদা চাকতায়ে, মাগী চাকচাদি, মাগীতা ওইনিংবা চাওখোকচনিংবা, করাম চাওবা পেনবা নাইদবনা মিৎকি চাকচা ওইরিবনে, হায়বদি মিৎনা উরিবমখৈ ফজবা ওইরিবা মখৈবু উরিবশিংগী চাকচানে হায়রম্লীবনে ।।

নাকোংকি ফমপি ব়োইরিপা থব়ায়
খোইতৌ মাকি থব়ায় মশক অমনা
মহাক লেংলিপা অত্রুনে, অশুম্না থব়ায়
থ্রুতিংমক মরোল অহুম শুনা পাললে।

নৈনা ব়ারোল।

নাকোং হায়বা মাগী ফমপি ওইবা, খোইদৌ মাগী থব়ায় মশক অমাদ লেংলিবা হকচাং অদুবুনে। হায়বদি, নাকোংনা তাবদা অকিবা পুক্লিং নুংশিবা, নুংঙাইতবা ব়ায়মদা মহাক

পিকশিললি, মুংঙাইবা, অপাম্বা, কললকপা বান্নম তাবদা মহাক লেংলকই। অশুম্না থব্রায় হায়রিবা, থব্রায় মখৈদি কিতুপ অহুম-অহুম ওইনা থোরম ওইবা মতিক ময়ায় অতুশিংবু থব্রায় অমা-মমনে হায়মা হায়রমলিবনে ।।

**থব্রায়কি মশিং য়ামমে**
**অমা-তাশুং না-ঙাইয়ে।**
**চাওপশুং তেংপাল অসিনে,**
**পিকপাতি শম্না ১ না ১০০ থোকপকি ১ নে।**

নৈনা ব্রারোল।

অশুপ্পা বারোলদা য়ায়গী থব্রায় হায়না খঙনব্রিবা অসি ওইরক্লিবগী কাংলোল মচাক মচলশিং ওন্থোকনা য়ামখ্রে, অতুবু খোজললক্লাবদি অমা খকতাশু নাঙায়য়ে। চাওরিবদি তেংবালবা পুমবানা অমতা ওহনগুমানে, পিক্লাগনা শম্না অমগী মশুং চাম্মা থোকপগী অমা ওনে ।।

হৌচিক্তি থব্রায় পুমনামা অতুনা
অমতা নঙায়বগী ব্রা হায়কে।

নৈনা ব্রারোল।

থব্রায়গী মশিং য়ামমি হায়খ্রিবা অতুব, খিরক্লবদি অমাথকতা না-ঙায় হায়রিবা থব্রায় অতুগী মরম বাবোলবু ফোংদোকলাগে ।।

**নিংশুং তাংলো শিদে,**
**খুৎশুং তেকলো শিদে,**
**না-শুং পঙলো শিদে,**

**অসি খৈপিক থোইপতি**
**অনিনা অমা ওইনা লৈপাকি**
**শিতাপনে, পুক্লিং-নিংশা ॥**

## নৈনা ৱারোল

থৱায় অমগী মতিক ওইবা মিংনা, পালদা লৈবা খৈবিক মচু মবেল মশক মওং উদ্রবা (তাংলবা)। খুৎ, খোঙগুং গু-নোমনা চৎথোক চৎশিন পাংথোকপা ঙমদ্রবা (তেক্লাবা য়াওদ্রবা)।মপালগী খোংলি লাওরি, ঙাংনা শকনারিবা খোঞ্জেল খোন্থোক তাবা ঙমদ্রবা, (না-পঙলাবা)। অশুম ওইরিবগীগুং, অশিবা হায়বা অদুদি ওইদারিয়ে। অদুবু,থৱায় মশক অমমম ওইবা মখোয় অহুমনা মাংথ্রবগু সিদরিবগী মরমদি, নিংশা অমদি পুক্লিং অনিমানা অমতা ওইরিবগী মখৈ সিদৱিবনে হায়রম্লিবদি, মিং, খোঙ, খুৎ নাকোং হায়রিবা অসিশিংনা পাংথোকলিবা মথৌ মঙম অদুগী শরুক ১০০ থোকপগী শরুক থরদং ওইরবগু পুক্লিং মানা শরুক য়াবা ওইবা ঙম্রীববু, নিংশা মানা অচাকপা মৈবু মুৎতানবা মৈদা শিং য়াংবগুম য়াংলিবগী মখৈ, হায়বদি পুক্লিং অমদি নিংশা অনিনা থানাদ্রিবামখৈ শিদবা হায়ববু ওইরিবনে (খঙনবিবনে)।

**পুক্লিংনা ওইবা থৱায় মহাকতি খোংশাপিনে**
**মহাকতি মফম লেংতে, মহাক্লা মফম লেংলকপকি**
**মৱোংতি, নুংশিৎকি মনিলকুম থচিক শেপ্পা নঙায়য়ে**

## নৈনা ৱারোল

পুক্লিং ওইপা থৱায় মাগী ফমপিতি খোংশাপিনে, মহাক্তী মতম অয়াম্বদা মফম লেংদে। অদুবু মতমনা লাক্লূনা মহাক্লা মফম লেংলক্লাবা, শেপলক্লাবা, মিহুল চাওনা চাওনা হুন্দুনা কনচাও-

রক্লাবা, খোংশাপিগী অকোয়বদা নুংশিৎকি মনিলগুম লাংকপ-লাংকপ ইহুল ফাওরক্লাবা, অতুগা অশুম পিকশিল হুইশিলখিবা থৌওং ওইরক্লবদি পুক্লিং মাংগে তৌরকলাবনে। নিংশাবু শেন্নতুনা অচাকপা মৈদা শিং য়াংবগুম হৈনা শিংনা নিংশাবু শেললো ।।

**খোংশাপি মানা শেপলক্লাপকা**
**লাইনিংশিং মহাকশুং ফমপিতাকি**
**অতৎপা লৈতনা মথকলম কাকে**
**হায়না, হেক হেক চিংলকলে ।।**

নৈনা ৱারোল

খোংশাপি মানা শেপ্পা থক-থক ইহুল লকলাপদি লাইনিংশিং হায়বা মহাকশু, ফমপিতাগী তরং মথকলম কাকে থোরাংলিবগীবু হেক হেক চিংলকলিবনে হায়ববুশু খঙগদানে ।।

**লাইনিংশিং মহাক্লা ফমপিতাকি**
**মথকলম কাকে হায়না অতৎপা**
**লৈতনা অশুম চিংলকলাপতি**
**পুক্লিং মাংলকলে।**

নৈনা ৱারোল

লাইনিংশিং হায়বাগী, থৱায় মশক অমা ওইবা পুক্লিং মহাক্কি তুংনাফম ফমপি ওইবা, খোংশাপি মানা শেপ্পা, পিক্লা অশুম তংতানা চিংলকলাবদি পুক্লিং কাংলোল লৌশিং মাংলকলে, পুক্লিং মানাবু মাংথ্রবদি পুমনামক অমাতা ডাকপা হৈরারোইয়ে ।।

**হৌফমতি ব্রুলপিতাকিনে, ব্রুলপি**
**কৌপাতি য়াফমনে, য়াফম অতুতাকি**
**লাইনিংশিং কৌপা লাই অতুনা**
**মথকলম কাকে হায়নাপু নোংতমলকলে ॥**

**নৈনা ব্রারোল।**

ব্রুলপি পুক্লিং মানা মাংবা হৌরকলাববু ঙাকপা হৈত্রবা মতমদা পুক্লিং মহাক য়াফমদা তিনশিল্লারে, তিননারবগা লাইনিংশিং হায়বা মহাক্না পুক্লিংবু তোংদুনা কোরৌ অৱাংববু তমনা তরংদা ফাওনবা, য়াইবিরেল সিদবা মাগী ফমপিপু তমলকলে ॥

**মানা কারকলাপকা নিংশাদ তন্না চংখিরে**
**অত্রুকা তুমলে, তুমলাপাকা পুক্লিংনা**
**অমমপাপু তন্না সিশিনখিরে ॥**

**নৈনা ব্রারোল**

মানা অশুম্না কারকলাপকা নিংশানুংদা থুংলারবদা তুম্না হায়বা থৌরম অতু মওইরে। তুমলাবগা লাইনিংশিং হায়বা পুক্লিং মানা, নিংশাবু অমুক তোংদুনা অমমবা তরং, কোক লেলফু নুংতা য়াইবিরেলগী মশক মহাক কোংপোল মাদা তিনখিয়ে ॥

**পুমনামা অসিতো খোঙতাকি হৌয়ে,**
**পুক্লিংনা চিংনা থব্রায় অয়ামপা হৌখ্রপশুং**
**করমনাতি সিতাপানো হায়রাপতি**
**নিংশানা লৈপাকিতি শিতে,**
**নিংশা নানা লৈতারপতি**
**অশিপা কৌয়ে, অশুম্না হায়রমলে।**

নৈনা ব্রারোল।

থৌওং কাংলোল পুমনামা খোঙদগী হৌনা শিরক্কাদানে, পুক্লিংনচিংনা থরায় অয়াম্বা মাংগ্রবশু, মতম খরগী ওইনা সিদ্রিবা তাইবঙ হকচাং অমা ওইনা লৈবা য়াওরি। অসিদি করিগীদমক, পুক্লিংনচিংনা থরায় অয়াম্বা মাংগ্রবশু শিদ্রিব। তাইবঙ হকচাং অমা ওইরিবনো হায়রবদি, নিংশানা লৈরিবগীদমক্তা সিদাবনে। নিংশা মানা লৈত্রবদি অশিবা হায়ববু কৌয়ে, অশুম্না হায়রমমে ।।

পুক্লিং অমতি নিংশা অনিমানা
পানম্নারমপাকি ব্রা হায়কে।
থব্রায় মশক ব্রোইপা পুক্লিং মাপু
নিংশানা য়োমনা পুখ্রপাকা
অসিপা হায়পপু ব্রোইপানা
থব্রায় পুমপাকি লুচিংপতি নিংশানে ।।

নৈনা ব্রারোল।

পুক্লিং অমদি নিংশা অনিমানা অমাতা ওইনা তিন্নরবগা ওইরকপা মরমবু পাওদমলবকে। নিংশানা পুক্লিং মতুং ইন্না লোয়নবদি লৌশিং থোকয়ে, নিংবা পাংবা হৈয়ে, নত্তনা পুক্লিংনা নিংশা মাগী মতুং ইন্না লোয়নাবদি অনিংবা পাংবা ঙমদে, পুক্লিং লেপ্পা হৈরোই। নিংশা ওইবা মাগী হৌরকফমদা পুক্লিংবু নিংশানা পুদুনা চৎখি থোকখিবদি, অশিবা হায়বা থৌওং হায়ববু মওইরে, থৌরম অশুম লৈবনা থরায় ওইবশিংগী লমলেল লুচিংবদি নিংশানে।।

**লমলেল লমপী ব্রোইতৌপতি**
**মহাকনে খঙওো, মহাকপু নিংওো**
**মশক খঙওো, মশিং শুনা পুনশিকাতনে।**

নৈনা ব্রায়োল।

তাইবঙ পুন্সি চেংচেল লোমলক্লাব মতম, খোইবেল হায়রিববু য়োরক্লাবদা, ইপা লমলেলদা চংনা লমদাং লম্বী ওইগদৌবদি, নিংশা ওইবা মাদা লম্বী ওইনা চংকাদৌরিবনি। মরম অসি ওইবনা, ইপা লমলেলগী লম্বী ওইবা নিংশা মাবু হৌজিক্লা খঙনা শেনবা হৈনা লৈরবা তাইবঙ মহাক অদো, মথংগী লেমনা মাংলাবোই, মশিং শুনা পুনসিনগদবনে, হয়েং মতম ওইহল্লাবদা মনিং তমগদানে।।

**মহাকপু মশক খঙকাতৌপতি**
**মৈ, য়িশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ-থাকি**
**খোনচেল অসিশিংপু খঙপাপুনে।।**

নৈনা ব্রারোল।

নিংশা হায়বা মাবু মশক মরম খঙননাবগী ফালম কাংলোল থৌরমদি, মৈ য়িশিং নুংশিং নুমিৎ থা গী খোঞ্জেলশিংবু পুক্নিং রাখলনা মাচা খাইনা খঙলববুনে।। (নুমিৎপু=নোংথৌ, থাবু=লৈপাক হায়নশু খঙনৈ)।।

**খঙলিপা খোনচেল ঙমনামক**
**নিংশা নুংতা থমলে হায়না নিংওো,**
**অতুকা তুমকে হায়না লাকপাতো**

**ঙমনা ঙাকথোকঅো। মানা**
**লাকতারিঙৈতা থেমনা তুমথোকঅো**
**অশিপা মশক-মরম খঙলাকানে ॥**

## নৈনা ব্বারোল

খঙলিবা খোঞ্জেল খৈবিক নিংশা নুংদা থমলে হায়না নিংলো, নিংলবাগা তুমনিংলক্লাবদি তুমলুগনে', তুমনিংববু ঙমনাবা ঙাকথোকঅো। অতুগা তুমনিংদ্রবা মতমবু থেমনা তুম্বা হৈয়ো। থোৱম অসিবু পাংবা ঙমলবদি (হৈৱবদি) অশিবা হায়বতুবু ওইরিবা থৌওং কাংলোল মরম মশক খঙলগদনে।

**নিংশাকি ফমফমতি ফমপিনে**
**ফমপিকি হকচাংনা লেলফুনে,**
**লেলফু অতুলকতাকি হুমথারকপনা**
**লাইপকতা নমঙা ব্রোইররে।**

## নৈনা ব্বারোল

নিংশা হায়বা মাগী তুংনফম মফমদি ফম্বীদানে (কোককি থোপপুনে)। ফম্বী হায়বা মাগী মফমদি হকচাং ওইবশিংগী কোক লেলফুনে। লেলফু অতুরক্তাকি য়াইবিরেল সিদবা মাগী কাইদোং নিংশা মানা হুমথারকপদি, লাইপক হায়রিবা মফম অতুদা নোংদম্বা কৌবা লাইবু তম্না হুমথারক্লাববু, নোংদম্বা মাশু নিংশাদা নমঙা ওইনা ঙাথু থেংথুনানা ইরোইনাবকলে ॥

**ফমপিকি মথক্তা তমফাকুম**
**তকুপ তরেংনা লেংনা চোংনা**
**লৈপা কুরুমকি ফমপাল**

ৱোইপা কোংপোল অতুপু
তমনা, নিংশানা লিক্লা য়িনিল
নোংদম্বাবু য়োমনা কারকলে।

নৈনা ৱারোল।

নিংশা মুংদা নোংদম্বা কৌবা মহাকশুং লিক্লা য়িনিল মশক ওইনা তিল্লাবগা, নিংশা মানা হকচাং ওইরিবগী কোক লেলফু মুংগী কন্বী থক্তা তকুপ তরেংনা লেংনা লৈরিবা কুরুম য়াইবিরেল সিদবগী ফমবাল কোংপোল মাবু তমনা কারকলে॥

নিংশা য়িনিল ৱোইপানা কুরুমকি
ফমপাল কোংপোল মাতা ৱাইথুংলাপপু
অনিনা লাংপুম ৱোইখিপতি
কোংপোল মহাক তাকলে (কাইরে)।

নৈনা ৱারোল

কারকলিবা নিংশা ইনিল অত্থনা, কুরুম য়াইরিরেল সিদবগী ফমবাল কোংপোল লিকলা মাঙোন্দা হেক থেংলবদা, কুরুম সিদবা য়াইবিরেল হায়বা মাশু, নিংশা হায়বা মাদা ফমফম ফানতেং ওইনা, অনিমানা মশক অমাতা ওইনা তিনখিবদি কুরুমগী ফমবাল ওইরম্বা কোংপোল লিকলা মশক মহাক মাংখারে, তাকলে, (কাইরে)॥

লিক্লা মশক ৱোইপা কোংপোলপু
তাকলাপতা, মপু মানা তাইপঙ
হকচাং য়িম ৱোইপশিংতা চংলকপা

লেলফুতা থোকখিত্নুা, তরংতা
তিনখিপপু। থব্রায়-হকচাং খাইনপা
লাংপুম ব্রোইপা হায়রিপতি অসিনে॥

**নৈনা ব্রারোল।**

লিকলা মশক ওইরিবা কোংপোল মানা কাইথ্র-তাকথ্রবনু তেংবালবা মপু ওইবা যাইবিরেল সিদবনা মরাল য়ুমনিংগুম, তাইবঙ হকচাং ওইবশিংদা চংলকওৈগী লব্রাই লেলফুতা থোকখিরবগা তরং অহাংবদা তিনখিবনু, থব্রায়গা হকচাংগা খাইনবা, সিরবা হায়নরিবদি অসিবুনে॥

থৌওং অশুম বোইরিবা শোয়কদবা তাইবঙ মপুগী শিন্থা থৌবম অসিবু মতমনা লৈরিবৈ, ডাকপা শেনবা হৈরবা মী মহাকতি, হয়েং মতমদা মনিং তমগাদনে হায়রম্লীবগী মথৈদি ঃ— পুক্রিং নিংশা কাংলোল খঙলবনুনে॥

নিংশাগী শেনপতি

চক অকোনপা অসিতো, লাই কুরুম মহাকতি খঙপা ব্রারকনিয়ে। মিংথৈ মিংলেলকা লোয়ননা থোরমনা খঙকতৌপকি মথৈ তা, মি মরু, মি মহেন, মি মচং, থব্রায় চংখোলপা ব্রোইপশিংতা মরৈরাপনে। তৌপশুং খোইয়ুম লাইরমলেল অথোয়পপু, থব্রায় ব্রোইরিপা খৈপিকনা নিংকাতৌপা। নরমপু থাকিতা ব্রা হায়রককে।

কুরুম য়ায়পীরেল সিদবা হায়পতি অতিংঙা মওং খঙঙম-তাপা নোংথৌ ব্রোইপা, চুমিথাং খনপা মতমকুন মরোং মরোংপা মাকি মনুংতা চঙনা লৈরিপা, মনুং মপাল অনিমাকি নাতৈ শমনরিপাকি মনুংদা পুক্লিংনা নিংকাতৌপা মশক মহাক অতো, অতিংকোক কুরুম সিদবনে, অসিপু লাই কৌয়ে॥

থুপলাপা ৱারম অকুপানে, য়েংতুনাশুং তাকতুনশুং নিংতুনাশুং খঙপা ৱুপা হৈরোইয়ে। মহাক ৱোইপপু ফংচাকে খংচাকে হায়রপাতি, **হ র স** ময়েক অহুম্মাপু মমৈ মকোক ৱোলনা য়াথং অহুম-অহুমলক শোললো, কুকমকি মশক মহাক ফাওরক্কানে। অসিপু হৌচিকনা শেমতুনা খঙনা থমচারপতি হযেং মতমতা 'লমচাও চৎপাপু মনিং তমকাতানে। হৌচিকনা খংতাপতি লমথোক ঙককাতানে, মহাককি অবেপ্পা মশকপু লাক্কা নিংপাকি মখৈতি, কুকুমশিংাক মফমতা চেৎনা থিচাও ।।

নিংশা খোইতৌ অনিমাপু শেনপা হৈনাপা মৰম অমাপু হাযবক্কে। পুক্লিং আকিপা লৈতপা, থবায নুংঙাইপা, নিংঙাই-তাপা, কাংলোন অহুম্মা অসিনা খোইতৌপু ফানাকাতানে। খোইতৌ মাকি মমিংতি, লৈচোলনু লৈয়াম্নু **রো রো নপ** কৌয়ে, লেপ্পামক খঙলো। অসিকি খোংচোম ৱোইকতৌপতি, পুক্লিং তপ্পা, অফপা য়াথং চুমপা, লিংচেল শেংপা, থবায় ঙাকপা, অবেপ্পা কাওতাপা, অসিশিংপু থাতোকলাবোইতৌপনে।

মশক মহাক কৌপা লাই অতুতি মিৎ মনুংতা লৈপা লাইশক অতুনে তাংনা লেপনামক খঙলো। ৱারম অমশু হায়কে,

**হ-নে, র-নে, স-নে, ল-নে** মরিমা অসিনা হকচাংপু পবৈ ওইনা ফাৱিয়ে। **হ** তি মৈনে মৈ কৌপাতি অশাপানে, অশাপনা পাংকল বোইরিপানে, লৈরিপা খৈপিকতা চংখি-থোকখিপা, অথোপা, ময়ায় কাপা, নুংঙাইপা, অসি খৈপিক মৈকি ময়ায় নে।

**স**-তি নুংশিংনে, নুংশিং মাতি লাকয়েলকি নাতৈনে, মুংশিং মহাক্তী মাংখি তাখিপা লৈতনা মা-মানা পামচাপা মকাশাকি মশকনে।

**র**-তি য়িশিংনে, য়িশিংতি হকচাংনে। **ল**-তি খোইতৌনে ॥

**হ—র—স—ল,** মরিমাকি **ফম**পি খঙকে **হায়র**পতি **মনুংতা** লৈপা **লাইফম** অনিমাতি **হ** গী মফমনে। **স**—তি কাইতোং **ফম**পালনে। **র**—তি লৈমারেল্লনে। **ল**—তি খোইতৌ থনপাল লৈকা অরোংপা অতুনে লেপ্পা খঙলো ।।

মরিমা অসিনা হকচাং মনুংদা চংনা লৈপানা **অফা ফংতা** অনিমাপু তমনা পাললিপা তাইবঙপাল ওইবা হকচাংনে হায়রিপাপু খঙকাতৌপা পানতম অমাতি। **নুমিৎ খুত্তিং নকুম** মচৌশা নিংশানা চৎলিপাপু নিংপা খঙপা হৈকাতানে। খঙকাতৌপা পানতমতি, নিংশা অতো মতাং কূইতারপা, তপেৎ-থপেৎ কিথি কিরুম তৌরপা, নাতোন নাকচি অনিমা শানাঙানা চৎলাপা, খোইশাও লিলশাওনা চোকথা হুইথারপা, অশাওবা রা-ঙাক নঙাইরবা, অশুমপাপু ওইরিপতি **মৈকি মতিকনে** খঙলো ॥

অসিপু সেনপতি পুক্লিংনা লৌশিংপু থেমতুনা ফানৌঅো, **হো হা** লাওনাই-হলতানা অতপ্পা, পুক্লিং নুংঙাইবা, হরাওবা কাংলোল, অহুম অসিগী পুক্লিং রাখলনা মৈপু ফানৌঅো, অরেপ্পা রানে, অসিপু হৈরাপতি মৈনা চাকপা ঙমলারোইয়ে হায়পপু খঙলো ॥ ০ ॥

নিংশা অতো চুংখুন চুমনা নাকচি অনিমাকি মথক অরাংপাতাক রাংনা চৎথারক্লাতানে, হকচাং অতো পুক লিল কামনা তিংচুং-খাক-নিংপানে, চানিং থকনিংতাপনে, পুক্লিংতি নুংশিপ ক মগক নুংপঙপাকি মওং ওইপনে,। অসিপু নুংশিংকি মতিকনে খঙলো।

অসিপু সেনপাতি, চিন, লৈ, ঙৌ অহুম্মাপু শায়না অতিংঙা তাং অহাংবা অকোইপা অসিপু লৈনা লৌশিল খোমচিন-তুনা চনিং তমনা য়োংথাও, নুংশংনা হুমদোকপা ঙমলাবোইয়ে হায়পা খঙলো।।

নিংশা অতো মরি চুমনা নাতোন অনিমা পাংখক মায়ানা থলনা মপুং ফানা চৎপতি, হকচাং লুমথাপানে, চাপাহাংতাপানে, নাতোন খোঙপানে, পুক্লিংতি অথৌপানে, অতপ্পা অহিংপা পোকপনে, অশুমপাপু রোইরাপতি **য়িশিংকি মতিকনে** খঙলো।। ০।।

অসিপু সেনপতি, লৈনা পামপা খঙপা লমতম মফম অনা নিংশাকা লোইননা য়োংশিললো, লেপ্পা পাংলা রানে। য়িশিংনা থুমপা ঙমলাবোইয়ে হায়পা খঙলো।

লৈপাক্লা পুবিংতি হকচাং অতো য়িরুম লুমথাপানে, নাতোল নাকচি অনিমাশু মরি চুমনা চৎপানে, পুক্লিং তপপে, মীনা ঙাংবা শকপাশুং খুমনিং হায়নিংতাপানে।

অসিপু সেনপতি, নাকোংনা তাপকি মুংঙাইপা, মিৎনা রূপাকি অপামপা, নাতোননা নমপাকি মনম নুংশিপা, মরম অহুম্মা অসিপু কাচিললো, লেপ্পা পাংলপানে, ফরপনে খঙলো।।

ময়ায় মরিমা অসিনা তাইপঙ হকচাংপু পরৈ ওইনা ফাতুনা হকচাং মনুংদগুং চংনা অক্ষ-ফৎতা অনিমাপু তমপিরিয়ে। হায়খ্রিপা কাংলোলশিং অসিপু খঙলাপা অমতি সেনপা হৈরপা মহাক অতো, মশিং শুনা পুন্সিকাতানে, হয়েং মতমতাগুং মনিং তমকানিয়ে হায়পপু শেংনা হায়রমলাপানে ॥

হিংলিঙৈ য়িমাকি তমপাকতা, সিরপাকা য়িপাকি লমলেল লাইরৈপাকতা হায়রিপকি মখৈতি। তাইপঙনা অহিংপা ৱোইরিঙৈ মালেম য়িমাকি খোনলাং বোইপা মহৈ মরোং মরিক মচুম চা-থকনা হিংলিঙৈপু য়িমাকি তমপাক ৱা হায়নরি ॥

সিরপাকা পন্থৌকি লমলেল লাইরৈপাক হায়রিপতি অতিংকোক অতিয়া অতিংঙা তা য়াইপীনা তিনপাপুনে ॥ অতিংকোক কৌপতি অহাংপা পনখৈ পান্তম খঙতাপা অতুনে, মহাক্কি মতিকনা নিংশা ৱোইরম্লিপানে। অতিয়াতি কুরুম মহাকনে। অতিংঙা হায়পতি য়িপানে, মাকি মচুতি অমুপানে, অঙাংপানে, অৱাঙপানে, অহুম্মা অসিপু অমতা ৱোইনা তিললাপকি মচুতি লিক্লাকি মচুনে।

অমনা থৱায়নে, অমনা মমিনে, অমানা হকচাংনে, অগুম ৱোইরম্লিপনা হলচিলনা তিনখিফমতি অতিংকোকতানে, অগুম খঙঅো ॥ ০ ॥

ৱুদবনে, তাদবনে, খঙদবনে। অৱুবনে, অতাবনে, অখঙবনে। থক-খা, য়েৎ-ৱোই, পি-পা, অয়িং-অশা, অমম-অঙাল, লৈপাক-নোংথৌ, মওং মরম ওইরিবা অসিগী মরক্তা, য়ায়বিরেল সিদবা য়ায়পি থৱায় হায়বা মানা ফমপি য়িম ওইনা লৈরম্লিবগী

পান্নমতি। ৱুৱমদবদগী ৱুৱক্লাবা, তাৱমদবদগী তাৱক্লাবা, খঙলমদবদগী খঙলক্লাবা, হিৱম থৌৱম অতুগী মতিক ময়ায় ওইবা মওং মৱম অতু মপু মক্নি হায়না পুক্লিং থমলম্লীবা চিঙঙুশিংগী খোৱজৈ পুয়া লাইৱিক খৱশিংদা নৈনাৱম্লিবা, হয়েং মতম ওইৱক্লগাদা লমলেল লম্নী ওইগদৌবা ৱাৱোলদি **"অকাউবা"** (**নিংশিংদবা**) হায়বা থৌওংবু য়াইবিৱেল সিদব মাগী ময়ায় অমনি হায়বা পান্দম থমলম্লী। মপুগী মতিক ময়ায় অকাউবা হায়ৱিবগী মৱম মওংবু মপালাকনা খঙনানবগী ফালম কাংলোল অমনা, **পুক্লিং শেনপা।**

## পুক্লিং সেনপাতি

**"সকতম"**, মালেম থক অসিদা লৈতা খোঙদাৱিবা মশক মওং অমাখক মা-মানা পুক্লিং ৱাখল অনি লোংদনা, অমতা ঙাইৱবা পাম্মুজবা নুংশিজবা সকতম অমাখক লেপ্পা পুক্লিংদা লেংদনা থম্লাবা, নিংশিংবা খুদিং সকতম অতুবু মিংশেলদা উবগুম তৱং অহাংবদা উবা হৈৱবা॥

**"মহাও"**, মা-মানা তাইবঙ লৌশিং কাংলোল কয়াগী মৱম মমি তাৱকপা মখৈগী মতমদগী মা-মানা চাখিবা য়েললম ওইবা য়েনশাং নত্রগা মনা-মশিং অমা খক্কি মহাওবু খুদক্তা নিংশিংবদা তিন চুম্বা পোকপা ঙম্বা মহাও। হায়বদি কনাগুম্বা মী অমনা মাংদা তাওচিং হৈৱাং অমা য়াম্না হাওনা চাব উবদা, হৈৱাং অতু চাত্রবগু, উৱিবা ঐনা তিন চুম্বা পোকপগুম্না, চহি কয়াগী মমাং মতমদা চাখিবা মহাওবু খুদক্তা নিংশিংবদা চাদনা তিন চুম্বা পোকপা মহাওদো পুক্লিং লেপ্পমক খঙনা নিংশিংবা হৈৱবা॥

"**মনম**", মী মহাক অতুনা তাইবঙ পুক্লিং চংখোললকপা খোংব্রাইদগী পুক্লিং থম্মোই খোইদানা পেঙ্গখিবা শিংডেল লৈরাং মাগী লৈনমবু হেকমক নিংশিংবদা, তংগ অহাংবা অসিদা নাতোননা অতুগুম্না লৈনম মাবু ফংবা ঙমলাবা। অসিশিংবু কান্নাবা তেম কোয়ে।

হায়ব্রিবা কাংলোল, সকতম, মহাও, মনম অহুম অসিবু শেনবা হৈরবা মী মহাক অদো, তাইবঙদা অৈ-অৈ ওইববু, হয়েং মতম যোরক্লাবদা, অৈ হায়বিবা য়ায়পিপু পুতুনা চংখিগদোবা লম-লেল লম্গী ওইরিবা, মপুগী মতিক পালদা চাকতারিবা "**অকাউবা**" হায়নরিববু মরম খঙলাগনিয়ে। অসিবা ওইবা থৌওংবু মনিং তম্বা ঙমগদনে হায়না ব্রা হায়রমলে।

মসক, মহাও, মনম, হায়রিবা কাংলোল অহুম অসিগী মশুংদগী অমানা লিকং, অমানা লিরি ওইরবগা মখাদা ফোংদোক-লিবা মতম-মতমবু পুনারিবা, তারিবা মতমগী খোঞ্জেলনা ঙেনচৈ ওইনা কাপ্পদি, হিরম থৌওংগী মতুং ইন্না সিজিন্নাগনি।

**খোঞ্জেলশিংদি ঃ—**

মৈগী খোঞ্জেল **হি···হি···**। নুংশিৎকি খোঞ্জেল **শিব্রাই···শিব্রাই···**। য়িশিংগী খোঞ্জেল **ব্রা···ব্রা···**। নোংথৌগী খোঞ্জেল ঙরং ··ঙরং। লৈপাক্কি খোঞ্জেল ঙুরুঙ···ঙুরুঙ···। অসি খৈপিক খোঞ্জেলবু তাবা হৈননাবা কাংলোলদি, হকচাং ওইরিবগী নাকোং অনিবু খুৎপাকনা খুমনা মেশিললাবদা তারিবা মখোলশিংবুনে। তারিবা অতুবু, হায়ব্রিবা খোনজেল খোম্থোকপু খাইদোকপা হৈগদনে। অমনা, মালেম লৈমায়দা নাকোং নম্মা

চেৎপক্লাগো, না নামমানা খুৎপাকনা মেননা মালেমদগী তাও-গো, খোনজেল্ল হৌনা চাওনা তাবানে। (হকচাংদগী ওইরবাগু, মালেমদগী ওইরবগু অমহানে)।

তারিবা খোনজেল অতু, করম্বাবুনো হায়রবু খন্দোকপা হায়বদি, মতম পুমনামাতা খোনজেল কয়ানা তোৎশিল য়ানশিলনা ব্রুরু··রু রু লৈশিন্নাবগী পান্দমগুম ব্রুঙ···ব্রুঙ···ব্রুঙ গুম্বা খোনজেল খোন্থোকনা কুংনা তারিব মনুং মরক্তাগী। মথক্তা পলথ্রিবা খোনজেল মঙা অতুগী মনুংদা করম্বা খোনজেলনা লুচিংজনা খরা খিৎ হৌনা তাবনো খঙলাবগা, খঙলিবা খোনজেল অতুনা তেনচৈ ওইরগনি ।।

সকতম, মহাউ মনম অহুমগী মরক্তগী অমনা লিরি, অমনা লিরুং রোইখ্রে। তনচৈদি, মতম মতমগী মতুং ইন্না তারিবা খোনজেলনা তেনচৈ ওইরগা, তেনচৈ অতুদা ময়ায় হাপ্লগী পান্দমগুম সকতম, মহাও, মনম, অহুমদগী লেমহৌরিবা অমাদো তেনচিন তেনদোংদা হাপ্লা কাপ্লা হৈরবা তেনদি য়োদবা মফম লৈতে। অগুম হায়না লাইনিংশিংনা তাকপিরম্বা থৌরম কাংজোলশিংবু অহল কুকম লাইবু নিংবশিংগী মফমদগী থিজাগো হায়না থম্বীরম্মে ।।

হায়খ্রিবা অসিবু খঙলবদি, কাননাবা থৌরমগী তেনলোল-নে হায়রমলে। তিনথুং লাইথুং খৈবিকপু মাংহলবা ওম্বা তেননে। মী মহাক অদো অকাউবা কৌবা লাইনা থেমলারগদনে, মী মহাক্কগু মনিং তম্না চৎখিকাতনে তাংনা খঙলো ॥

**য়ায়পি থব্রায়না**

**মপুদা লাংব্রম ওইবা**

থব্রায় চঙখোনবা, (থব্রায় মপুংফাবা), মী মচং ওইবশিংগী খোংচো তাইপঙ পুন্সি য়িব্রালৈপু খোইয়ুম শিংপুরেং তরেংবা, তাইপঙ শিংশু হলপানা শিংরুৎ কুরোল য়ামপাপু শিংশৎলাপতা, পোলগী খুরোই চেক্লাপা নোংহুম লাংনা কাইতোংপা, য়াইথোং কুমনা নানমপাপু কোংকোই লিনম চেৎতাপনা পুন্সি য়িব্রালৈতি মহৌথিকাতানে।

ব্রাইকোক শারি ফমতা য়ারৌ শরি চেৎ-অো, য়াহিপ য়াতা শায়েংফমতা য়াবৌ শা-শক খঙঅো, ক শ্না শক ময়োনপু চেংলৌ মিৎথিৎ হৈঅো, হো শ্না তরেংবগী য়াংলৌ লমদাং য়িনখিয়ো, শিংচেল লৈশক খঙঅো, তাওচিং হৈশক খঙঅো। তাইবঙ পুন্সি ইব্রালৈতি লাইচা লিক্লা মরমতানে, হায়রিপকি মতৌ পানতমতি।

**মতম খরা ব্রোইরাকা**
**শিংঙেল লৈনম খুইকুম**
**অহল মতম ব্রোইরপকা**
**শিংলি পাফল তিং**
**শিংচাউ মরি নোপ,**

**মিৎয়েং ব্রুয়োন থিপাকি**
**লৈতোঙ খুদি হেল,**
**খুবোম শিংকাই হৌনা**
**লমকুই চৎঙমতা।**

খুৎচেং শোচৈ তাওপাকি
চৈশু পাললোই ঙমতা
নাকোং পোঙ-পাও ফকমাংনপকি
ৱাহৈ থাংথৈ শেংঙমতা,

য়েলফম থাও-হি কংপাকি
য়েলফৌ মৈচাক তেল.
তাংচা হুইয়াই চললাপকি
লিলা য়াথং শোল।

থাখোং য়ি নামুংতাকি
হুপ্লা লেলফু মরু তাও,
লাইখোং য়ি-মরুতাকি
ফুমপি য়েংতাও মফম-লেং,
মরোং খোংলেল য়াইতাকি
তেৎনৌ ফোনলাং লু-তুমলাপকি
শ্না থমপাল লৈকা খুই।

খোংলেল অহুম্মাপু
মেলাং তনপা ঙমচাও-হুললাপকি
তরং য়ি-থক মখে লাং,
মালং নুংশিৎ শানা শিৎলাপকি
চকমোম মথি নাই।

খামপি মঙাও হৌরাপকি
খুখা নামপি চিঙতা
য়াহিপলিপা শা-শুং
খামপি মৈশা খাংঙমতাপকি
য়ারৌ শায়াম চাই।

শিমরিং থেলচা খুতিংতা
কাইতোংলিপা চেক্লাশুং
পোলপি চেকয়াম পাইরাপকিপু ।

মালেম লৈখল ঙাকপা
খোইয়ুম থোঙখললেল লাইরোংপনা
পুক্লিং খঙফেৎ তৌনা
হীঃ করি মতৌনো হায়না
তাংচা মরাই লোংনা য়েংখিপপু ।

নুংশিৎ মঙাও হৌপানা
শ্লাচিঙ নাপোম কাইরকলে,
তরং য়িথক হৌপানা
চিঙশাং নাপোম থুমলকলে ।

খামপি মৈ-ঙাও হৌপনা
নাকথং শারোল হুরকলে
হায়পাপু চিঙঙু মানা ব্রুরাপকিপু

নুংশিৎ তেনতোং নমতা হুন
ওংথি লিরুং খেলচো
খ্লুংলাই থাংকোল য়েংতা পাই

তিমেল তারোং খুতা-শু,
লাইয়ি থিংক্লু খ্লনেংননা
খোইয়ুম লাইহলনুপু
য়িনতাল-লকলে হায়তাপরা ।

হে পলেম লাই হলনু
হলনু কাপুল কারপী
লুরেল কংশা হেলপী অো,

চকমোম মথি নাই
তরুং য়িথক মঙাও হৌরকপা
মালং মথি নাইরকপা অসিপু,
মফম কাতায়রমতাকিনো হায়না
শমু খুৎপু থিলনা পাওতাকথিয়ে।

লাইপক শঙকি মনুংতা
খোং কারেল ময়ায়তা
ফমপী য়িমফম ব্রোইরিপী
খোইহুম লাইহলনুনা পাওখুমলকয়ে।

পারি তলপা মীহেনলাং
হে তলপা মীখল খায়
লোইয়া নাহা অতেংপা-ও
নাপল অৈশুং খঙলুতে,
থিকপী য়িনিল শুপানা
খামপি মৈহৌ-ফতারে
চেক্লা চাকখুন ঙমতারে।

নপল লুরেল কংশাপা
তাইবঙ তোননিংথৌপু লৈপানে,
নোংমাতোল তরং কৌব্রু
শঙলেলতা ফমলিপানে,
মাঙোলতাপু পাওতমল্লু-ও
হায়না পাওতাক লকলাপকি।

খোইয়ুম থোংখললেল লাইরোংপতি
কুরুম শ্না মখোঙ খাপু য়িনতাল-লকলে।

কুরুম শ্না মাংতা, লৈমা শিতৎনুপীনা
লেপওামপাপু ব্রুরাপকি,
খোইয়ুম থোঙখল লেলতি
য়ায়পি মনুং হৌনা ব্রাকৎচাখিয়ে।

হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
কুরুম য়ায়পিরেল-অো,

মালং মঙাও হৌপানা
খমকোল মথি নাইনা
তরং য়িথক মরাং হৌরকপনা
শ্নাচিঙ নাপোম থুমলে।

থামপি মঙাও হৌপানা
খু খা নামগী চিঙপু
নাকথঙ শারোল হুরকলে।

কুরুম শ্না নয়াথং
পাওতাক মতুং য়িলনা
নতাইরেম ঐঅ-না
পাংকল য়িতিক ব্রুৎনা
শমু খ্ৎলাই থোক্লকে
হায়না ব্রা-কৎচাপপু

কুরুম ল্রেল কংশাপা
তাইপঙ তোননিংথৌনা পাওখুমলকয়ে

লৈমা শিতা-নুপী
হিকোক কুমপাল থোংনা
শেংকোই শকতানপীপু
চিঙঙু ঐকি মাংতা লেপ্লীয়ে,

পাংকল নতিক ঙ্বুৎনা
শমু খুৎলাই থৌনী-ও
হায়না পাওতাক-লাপতা
লৈমা শিতা নুপীনা পাওখুমলকয়ে ।

হে য়িপুং নাহাপা
থোঙখল তলপা মীহেন লাং
লোয়য়া নাহা শাফাপা ।

খোইয়ুম শিংপুরেং তরেংপা
তাইবঙ শিংশু হলপানা
শিংঙুৎ কুরোল য়ামপাপু
শিংঙুৎ মতোল লোমলাপকিপু
তাইপঙ পুন্সি য়িব্রাল-লৈপু
শিংঙেল লৈথোক তেকপনে ।

ঐতি নুচা শকলোল ব্রোইপকি
খুৎলং তেরাল হৈচাতে
পাওকপ শৈশক হৈচাতে
নঙ শৈহৌ-পিরক-ও
হায়না ব্রা-হমলাপতা ।

থোঙখল তলপা মিহেল লাংনা
পাওখুমলকয়ে ।

হে পেম্মা নিংথিপী
তমপা য়াইথোং নুরাপী
শিতা মরৈ খঙ
খোইপুং নারৌ হাক্লুনো
ব্রুলপী পরেনা ব্রোইরম লাংফম চলকুনো,

মালং মথি নাইপা
থমকোল মঙাও হৌপতি
নঙ থৌনাপি-অো।

লাইচা মঙাও হৌনা
তরং মথি নাইপতি
তৈঅ-থৌনাকে,
হায়না পাওখুমলাপপু
লৈমা শিতনুপিনা ব্রাহমলকয়ে।

হে য়িগুং নাহাপা
থোঙখল তলপা মীহেনলাং
লোইয়া নাহা শাফপঅো,
খোইনুম শিংপুরেং তরেংপনা
শিংশং মতোল লোমলে,
ঙমলারোইয়ে, হায়না পাওখুমলাপতা
থোঙখল তনপা মীথল থাইনা
পাওখুমলকয়ে।

পলেম লাইহলনুকি
খামপি য়িমফম চেংপশুং
খামপি মৈহৌ ঙমতারে
চেংচা চাকখুল ঙমতারে।

মালং মথি নাই
থমকোল মঙাও হৌপনা
পাংকল মথি মরাং হৌপপু
থোইশিললকলে হায়নাপু
লৈমা শিতা নুপীতা
পাও-তমনরিঙৈপু।

পলেম লাইহললু
হলনু কাপুল কারাপী
লুরেলকংশা হেলপিতি
শাব্বা তুকেল লাপকি
খামপি মৈফম মুংলে।

চেংচা চাকখুল ঙমতনা
নোংমতোল তরং লেল
কৌব্রু শংলেলতা চংখিরে,
খোংলেল হেমতৌ তৈখিরে।

মরম অসি ব্রুপাকি
লৈমা শিতনুপীতি
মিনোক খোঞ্জেল মকা-লাম
য়ারৌ শাতাল মরাং হৌকুমলাপকি
চেক্লা খোইয়া লাংতা থুরে হায়তাপরা।

হে য়োইপরেল য়িপারি-শিংঅো
মালং মথি-নাই
থমকোল মঙাও হৌপানা
শিমরেং মপাল ফ্লুক্লা তুরাপকিপু।

পোলপী চেকয়াম পাই
খোইমা লাংমৈ নুয়াহৌ
য়ামচেং তেলনোই চিল-লোক্লা
পোলপী চেক্লা খোলথংননা মিকপ্লাখিয়ে।

থামপি মৈঙাও হৌপনা
খু-খা নামমি চিঙত্রুপু
নাকতক শারোল-হনা
চাকলক লাপকি,

য়ারৌ চাইনা চেললাপকিপু
য়ারৌ শায়াম শিরে
শাহুৎ কোংতাই লোললে।
তরং য়িথক মখে লাংপনা
শ্নাচিং নাপোম কাইরে,
খোংলেল অহুমমাশুং
মেললাং তলপা খুরৌ ঙমচাও
হুললাপকিপু,
খোইয়ুম তলপা মিকন থাইনা
ব্রাহমথিয়ে।
হে পেম্মা নিংথিপি-ত্তো
খোইপুং নারৌ হাকুনো
ব্লুলপী পরেনা ব্রোইরম লাংফম চলকুনো
পলেম লাইহলনুকি
য়ৈদনা হৌপা পুংপু
ব্রাংলেল পুংখৎ তোইরকলে,
খিংতনা হৌবা শরিকপু
তরেৎ শেনখিং তারকলে।
য়ৈতাপা তরেৎ খোইতোংপা
খোঠাং খোঞ্জেল থুংলারে।
খোংতাপা মোইকাই খোঞ্জেলপু
খোঞ্জেল নাপদা তারকলে।
মালং মথি নাই
খমকোল মরাং হৌপপু
থৌখামপি-ত্তো।

তরং য়িথক মখে লাং
খামপি মৈঙাও হৌপতি
মৈ থৌনাকে, হায়না ব্রাহমপাপু।
য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মাকি
চিনফি খানিক নাপনা
তরং য়িপু ব্রোইনা
য়িশিং মঙাও হৌরে।

খোংলি খাংপম মহাক্রা
চকমোম মথি নাই
খামপি মঙাও হৌরে।

হে য়িপুং নাহাপা
মচি শাপু শারারো,
য়ারৌ শাতাল মখেরাং
চেক্লা খোইচা লাংতা থু,
য়ারৌ শাহুৎ কোংতাই লোললাপকি।

খোইয়ুম থোংখললেল লাইরোংপতি
খামপি মৈ-মাং থক্তা
লংতুম লংনা চেনখিরে।

থৌরম অতু ব্রূপকি
থব্রায় পোলঙাক লেলনা,
তোমশোই লুরোই মরু থেৎপা
মিরেল লৌশিংপতা ব্রাহমখিয়ে।

হে মিরেল লৌশিংপা-অো
য়ায়পিরেলপু নিংশিংনা,
চিঙঙ্ন অঙাই শাথৌনা,

ক শ্না সিদবগী চেংলৌ মসক য়েংনা
হ শ্না সিদবগী য়াংলৌ লমতাং য়িললক অো,
হায়না পাওতাকপিরম্লাপকা,
কুরুম য়াইপিরেলতি
তরং শংলেল মখুম হাংখিরাপপু
কুরুম মশক হুখিতারে ॥
মীপোক লাইনিং চেৎপা
থান্নাই পুক্রিং কনপাতি
কুরুম মপাওতাকপু কাওতানা,
ক শ্না শকময়োল
হ শ্না সিদবগী
য়াংলৌ লমতাং য়িলনা
তাইবঙ পোনশুমফমপু য়ৌনখিয়ে।
হয়ি—হয়ি—হয়ি—হয়ুম ॥



য়োইপারেল য়িপারি নখোয়পু
লাইপুম তোননৌ সিতা-ব্রা অসিশিংপু
না তারিপা য়োইপরেল পুমপা
পুন্সি নোংশাং নারৌ-অো।
থমনা লাকোল লক্তাকি
থমচেৎ পুংমাই হেলকুম ললরৌ-অো,
চংপী লাকোল লক্তাকি
চংপী লা-হৈ চুমকুমনা চুম্না রৌ-অো,
লিরেল কাংফৈ লক্তাকি
তাওচিঙ হৈরি চুমকুমনা চুম্নরৌ-অো,
হয়ি চাতি হয়া হে, হয়ুম হয়ুম হয়ুম ॥

মিকোললোল।

ইঁ হে খোইমোম লাইয়িংথৌ
চিংখৈ লৈনা নুংতা য়াতাপা
নোংপোক শ্নাচিঙকি
চিঙতোলতা ব্রায়েলপা,

শ্নাচিঙ চিঙখোঙতা থৌ-থাপা
শুকি শুরি লোংপকি পরিং থাপা,
থৌথিংপা, থব্রায় খোমচিল লৈ,
মিরেল তোংমুরাপা কৌশিল লৈ
মশল লাংপা তেলচিল লৈ।

কুরুম শ্না খাতা
শিংঙেল লৈপুন শানা কৎচা লৈ
য়ামত্রে শুমচিল লৈ
মোইত্রা তাচিল লৈ
চা-তা লৈ, চা-শু লৈ,

ঙাংচেং চিঙপুলশিতা পালপা লৈ
শিংঙেল আশা লুতোং লৈ,
হোংনেম লৈপুনশি
পুন্সি য়িব্রাল লৈ.
লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিপনা
হেননৌ লৈ,

চারোল তরেং লোলচিল লৈ
নুরা লোলখোং তরুক লোলচিল লৈ,
শিংঙেল পোমনা লৈ
লৈরাং শাংনা লৈ

ফুইতিংঙা ফুইনা লৈ,
খাকি লংনা য়োমপা লৈ
ক্যাং লালনা হেনমোই লৈ,

ব্লুলপি পুক্লিং হুনা লৈ
থাপি লোইতামগা শাংনা লৈ
থা-তন হেমনা লৈ।

থব্রায় মঙামপু
কাওরেল সলপু ব্রোইনা শেনপিরিপা,
অম্রুক ঙন্না কোন-থোক-পিথাপা
নুমিতাং থেংনা কোন-চলপিরিপা
অমমপাপু নয়িম ব্রোইনাপা লাইয়িংথৌ,

কোনখৈ অতামপা
ঙংলেল আথাপপা
খোইহৌনুংতা পালপা
লৈপু কোলকে,
নুংলেল সিদবদা
পালপা লৈপু কোললমকে।

লুরাং নিংথৌ পুনসিপা
লৈনা কোলচিল-লমকে,

হোংনেম লৈপুলশিপু
কোলচিল-লমকে,
থব্রায় খোমচিল লৈনা খোমচিললমকে।

য়ুলা শংলা লক্তাকি
লাপোৎ ফৈপোৎ লক্তাকি
লৈকু লৈরাই নুংতাকি
মিয়োক থায়োক নোংতাকি
মিরেল তোংমু-রাপাপু
খোমচিলনা কোল-লককে।

কুরুম খাতা কোলকে
শ্না খাতা কোলচিল লককে,
শে-লৌনা কোল চিল লককে
শে-পিনা কোল শিল লমকে।

থব্রায় মঙামা মিগা থানা তরুকমা
শকতম নুংতা কোলশিল লমকে
পাইমা নুংতা কোললাকে
য়ুলপি নুংতা কোলচিল লমকে।

কুরুমকি শ্না খাতা
হোইরৌ হোইচিল লমকে
হা য়া য়াচিল লমকে,
হা য়া য়াপি রৌরে।

খাকি নাহা সাফাপা
শ্না হংচৈ শুপানা
নুমিৎ শ্না থোঙথিং থোঙহাং-লৌরে।

শ্না হংচৈ শুগিপা
লাইয়িংথৌ নঙপু তাও-আে,
নঙনা শ্না হংচৈশু লোলপি আে
শাব্রানা পৌ লোলপি আে
তয়ম ব্রোইপা য়িতুতোলনা
পুন্সি লৈরোং ব্রোইরৌকে
শিংঙেল লৈকা-মাপু।
লৈ-থাইপিআে
হায়নাপু লৈ-নিচাপনে।
শিংঙেল লৈচা-মপু লৈথাইপিরে
চুপলেল নাপা ঙালনা পুন্সিনারৌকে,
হয়ি চা হয়া হে, হয়ুম হয়ুম হয়ুম ॥

—ঃ খৈরবা ঃ—

"মপুগী মতীক ময়ায়" হায়না মিং থোঞ্জবা লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা মচাকশিং অসি মখাদা উৎচরিবা পুয়া লাইরিকশিং অসিদগী শৎকৎচবনি ॥

১ | লৈসেমলোল অরিবা।
২ | থিরেল য়াংপী।
৩ | ,, অপিশা।
৪ | খুনুংলোল শিংখাই।
৫ | অমম নোংলোল।
৬ | সকোক লমলেল।
৭ | পাখঙবা লাইহুই।
৮ | ,, ফানখোঙ।
৯ | ,, নাওয়োম।
১০ | লৈমরেল সেকনিং।
১১ | শ্রামহি ফানখোঙ।
১২ | ,, লাইহুই।
১৩ | লাংয়েল শৈ।
১৪ | শিংদাবুং লমলেল।
১৫ | সকোক লাইরমলেল।
১৬ | কোষ্ঠারোল, য়িকৌরোল, নাহাইরোল।
১৭ | সলকাও লাইকাও।
১৮ | শুরুং লোল।
১৯ | খমলাং য়িরেং পুব্বারি।
২০ | খুনুং লৈকোইরোল।
২১ | লাংলোল।

অহৌবগী ফোংথ্রবা লাইরিকশীং :—

১। মৈতৈ।

২। মালেম লৈশেমগী অরিবা ১বা।

৩। [illegible] মতীক ময়ায়।

ফোংনবগী থোৱাংলবাশীং :—

১। মালেম লৈশেম অরিবা ২বা ১শুং ৩বা।

২। লাইনিং কাংলোল-ফালম।

৩। ম্যিরাৎ ম্যৌনিরোল।